


# Sanamahi Manai Meete Piba

# সনামহি মনাই মীতৈ পিবা

— a confession for the status & the au- rity of the Meetei Ritualist in the cultural religion functions of Meetei Society.

অহানবা কোংবা — খৃষ্ট কুম ২০০০

অকোংবা — অইবা :— নাঙোই তোম্ব

কংফম থোকপা পুন্নমক

কল্লিবা — অইবা

লাইরিক নম্ফম — শল্লাই ভরেং প্রেস, নোং ইম্ফাল।

মখুম নম্ফম — পন্থিবা প্রেস, ক্ষম্পতরাইং ...াই লমলোং কৈথেল, ইম্ফ

# "অহৈবগী পাওদম"

"সন্নামহি মনাই মীতৈ পিবা" হায়না মিংথোকপা লাই-রিক মচা অসি ইনবা হোৎনজক্কবগী মরমদি মীতৈ খুরুম্পী পোকপা, হিংবা শিবগী থৌরম পুরমক্তা থিংলো লাইথোগী থো পাংথোকপা পিবা অমদি অতুম তঙাইফদনা অতুম ময়াওবা অচুগা পিবা অমসুং পিবাগী থৌ অহুবুদি ইকাই খুম্নিংদবা অমসুং মতিক ময়াই লৈনা থম্বোবগী বাকম অমসুং মওংদি শুকউ উজদবা, পুং ঈশৈগী থৌ পুবা কাংবুবুনা হেন্না লুমনা থাম্না লোনবগুম উবা, মংংদা পুং ঈশৈ তৌবা কাংবুনসু পিবাগী থৌ পুরিবা কাংবুবু করিসু লৈতনা, উশিং থৌওইদনা, তয়াং তশোইনা মী অমনা হেক্তা পংতৌ তৌশিনবা য়াবা অরাইবা থোখাং ওইনা থম্বগী মওং অমা অস্নম উজরকপা, অরোইবদা থৌরমগী অশিন অরাং তৌরিবা অরাংফম ফম্বশিং-নসু পিবাগী মথৌ মঙম (Authority) অসি তয়াং তশোইনা উবিবা তৌবিবা, পিবাগী মরা লৌখিদবা, লৌনিংদবা করি-গুম্বা অমা নত্রগা অমাদা শিংথানদবা, করিগুম্বা মতমদা য়াম্না হৌনদবা মওংদা পিবাগা অরাংফম ফম্বগা থেন-চৈনবা খংথং-নবা খাংন-শকনবা কয়া অমা মীতৈ ঐখোইগী থৌরমশিংদা ইংুংংতক্তনা থোক্লিবা, অসিগুম্বা হৌনদবা মওংশিংসি থোক্ত নবা লৈতনবা পিবা হায়বসিগী মরমদা ঈনাং চৎপা মীয়ামনা কুপনা থংমিন্নবা অমসুং পিবাগী মথৌ মঙম (Authority) মতিক ময়াই (Quanlity) থরদং হাপনিংবদগী ইকবনি।

লাইরিক মচা অসিবু মীতৈ ঈনাং চৎপা ইপা-ইতোন, মকপ-মপাং, ইচিন-ইনাও পুন্নমক্তা পাবিহনা নৈনবীহনা পিবাগী

মতিক ময়াই মথৌ মতম ( Authority ) হাপ্নদা মতোং থরদং পাংজবা ঙমলবদি ইকুমবা অমসুং হোৎজমন মহৈ থরদি কংজরে ।

লাইরিংথৌ সনাযহি মনাই
নামোই তোম্বা, পিবা/বাঙ্গি লিবা
থুরাই শোইবম লৈকাই
পোরোম্পাৎ চুথেক, ইম্ফাল
কংলৈপাক ।

# মতেং লৌজখিবা পুয়া লাইরিকশিং

"সনামহি মনাই মীতৈ পিবা" হায়বা লাইরিক অসি পুথোকচনবা হোৎনজবদা মথাগী পুয়া লাইরিকশিংসি নৈনজখি অমসুং মতেং লৌজখি :—

১। সনামহি লাইকন
২। খুমুং লিচং শাজং
৩। নোংলোন পাখংপ বাচেংলোন
৪। পাখংবা শাকোক
৫। শিংকুম শিংখারোন
৬। শিংথা চৈথারোন
৭। ঐথোইগী থৌরমলোন
৮। থৌরম পরেং অসুবা
৯। মৈতৈগী থৌরম পরেং
১০। মীতৈ থৌরমগী বাংউলোন
১১। মীতৈ নাৎকী লনগৈ
১২। খমওই য়াংওই শেকনিং
১৩। সনামহি মিংথৈ
১৪। লাইমিংলোন
১৫। শাকোক কংলৈরোন
১৬। মীতৈ ঈনাৎ
১৭। অতৈ অতৈ চেকোংদা ফোংখিবশিং
১৮। সেমিনার পেপরশিংনচিংবা।

— অইবনা পুয়া অমসুং লাইরিকশিংগী মতেং লৌজখিবা

পন্নমক অচুম্বমক্তনি পুংচুম চুমলে খঙ্গবদি লৈজরে। চৎলাই শেন অকাইবা মাংদা থাজনা শক শেম্বগুম মীতৈ ইরুপচাশিংনা মাগী মাগী পিবুক্ষুংদা লৈবা বাখন, উরুবা তাক্ষবদা ফংবা লিখুনমক্তনি থঙ্গে। অচুম্বনি লৌগদবনি অপাংবা অইংদদি লুনা বানা থোকচে, ফনা হায়চুনম্ভ মীতৈ ঐথোইগী কাংলোয়ান্দা লাইরিক মরুওইবা পন্নয়া পন্নমক শান্তিদাশ গহ লোইনা পোৎ লোইখ্রে উৎ ওনহনখ্রে হায়ংসিদি বাওবা য়াররোইদবা থোদোকনি য়াকমনি। মীতৈ বাহৈদা "থোরম্মা মীনি, থোরম্মা লাইনিং, মীনা শেমলগা লাই ওই লাইনা শেম্লগা মীওই" হায়বহু মতাংশিদা নিংশিংজনিংই পুশিন্নিংই। মীতৈ ঐথোইগা চানবা চুনবা মীতৈ ঐথোইনা পামজবা মিতাজবা থোরমহু ঐথোইগী শোইদনা ওইফম থোকই অহুদহু নত্তনা অতোপ্পা মীতোপ্পদি তৌনদবা হৈনদবা মীতৈ, ঐথোইনদি লুনা পন্না থাজনা নিংজবা পেৎশক অমহুং থোরমহু অমুক থম-নৈনকঞ্জবহু মীতৈ ঐথোইগী ওইবদি শোইদ্রবনি হায়জনিংই।

নামোই তোম্বা
মীতৈ পিবা/বাঞ্জি লিবা।

# "সনামহি মনাই মীতৈ পিবা" দা

ঈথাউ ঈবুংঙো "নামোই তোম্বা" না ইবা "সনামহী মনাই মীতৈ পীবা" কৌবা লাইরিক মচা অমা ফোঙনরবা খুংই ওইনা পীবীরকপা পাজরে। লাইরিক অসে মীয়াম্না ফোঙখিবসিংদগী তোপ তোম্না মখন অমগী অফবা সোঈদনা ওইরগনি থাজে।

লাইরিক অসিদা লাইথো-তিম্থোগী মথৌ তৌরিবা, হুরিবা, মীতৈ পীবা ( মীতৈ ফুরুপচাসিংগীদমক পোকপদগীনা শিবা ফাউ-বগী মমুংদা লৈরিবা লাইথো-তিম্থোগী মথৌ তৌননবা, পাঙ-থোকপীননবা মীওইসিংবু আমাই পীবা নত্রগা আমাই লৈমা হাঈনা থওনবা, সমজিন্না "অমাইবা অমাইবী হাঈনস্তু কৌনবা পুন্নাগী লোন্দদি লৈপাক মাইবা খুরাই তাংবা, নিংথৌ মাইবা চিরাই হুনবা হাঈনম থওনবা") গী থকসি-খাসি, থৌগলোন, চৎন-পথাপ, চৎনলোম অসিনচিংবা মতিক ময়াইসিংবু নৈনরি।

লাইরিক অসিগী মতাঙ অমদনা মীতৈগী লাইথো তিম্থোগী থৌরমসিংদা মাইপুনবীরিবা মীওইসিং অসি চাউরাক্না কাওলুপ মরি খোক্না উবা ফংই। মহুদি :— (ক) অমাই পীবা অমদি (খ) পুং-ঈশৈ (গ) ফুহৌবা অমসুং (ঘ) আরাং-ফম অসিনচিংবা। মথোই মথোইগী সিনফমসিং তোঙান তোঙানবনি :—

আমাই পীবাগীদি পুয়া, লাইরিক থওনা, লাইমিং লাইসক থওবগা লোঈননা থৌরম লোইবা কাউবনি। পুং-ঈসৈগীনা থৌরম মুমিত্তা সকপা ( সোনবা ) তনি। ফুহৌবগীনা থৌরম মুমিত্তা থোং থাকপতনি। আরাংফমগীনা সেম্বা সাবা ( য়াংপা )

তনি। মখোইদা মুঙ্‌গংমা কংঈবা, পীগ্নিবা অকংসেন্দি পুং ঈস-
তদা মাইওনসিল্লি। মসি চুমদে। কাঙলুপ খুদিংমক মাগী
মাগী মামবা থাক্তা পীগদবনি মপুং ওইনা "আমাই পীবা" মু
থোরম মুমিৎকী ওইনা মসক থাইবা খুদা তম্বীহনা ঈসৈ থো-
গল্লোইগী চাকথংগুম সরুক তমগদবনি। অচুম্বদা মীতৈগী
লাইথো তিম্বোদা থোং মামবা ওইগনি অমমুং মীতৈগী ঈনাং
কনবদা অচৌবা থৌদাং ওইগনি।

অরোইবদা, ঈনাও "নামোই তোম্বা" না পাংসোই নাইবা
লাইথো তিম্বোগী চংনবীবু চুমথোক্ননবা, থাজদনা মমন লৈবা,
লাইরিক অচৈতন্য পংথোক্ননা লৈপাক মীয়াম খুমাইগীদমক
হোৎনবীবা ওমহনবীয়ু হাঈমা তাইবংপাংবা মপংদা থৌনিজরি।

১৮৮৫/৩/৩২০০০ ইং

এঃ তোম্বা মীতৈ
থৌবুরেল, মীতৈ ফুরুপ ইম্ফাল
কংলৈপাক।

# থৌনিজরি

মালেমসিদা লৈরিবা উরিবা পুম্নমক মরু ওইনা মীতৈ খুন্নাই অসি তেংবানবা মপু ইপুরোই লাইনিংথৌ সনামহিনা সেম্মী-রকপা ওাক্তনি। মাইচৌ কয়ানা থম্মোইরম্বা পুয়াসিংগী মতুংইন্না অমসুং অখং অহৈ পারি পুরি লাইনিংহনসিংনা চংনরম্বা পথাপ থৌরমসিং মীতৈ খুন্নাইসিনা পাংথোক্কনা লাক্লি। পুয়াগী কাংলোনসিং অমসুং লাইগী তিনবং লাইকংসিংদা মুন্না থংলবা মীওই অমবু "পীবা" মীংথোম্লি। মরু ওইনা পোকপা সিবা অতুগা লাইদা তিনকং লাইকং পুম্নমক্তা চংগদবা পোং-লম পুম্নমক পীবানা তাংকপা মতুং ইন্না থৌবু অমসুং ফুরুপ অতুনা অয়াংপুরেনগা সিন্নগা পীবানা হায়রিবা থৌবু অমসুং ফুরুপ অতুগী অরা অনা কোক্লবা অতুগা য়াইফ লুংঙাই পন্নসি তোল্লোইবা ফংজনবা মপুদা পীবানা কংপীবগী থৌরম পাং-থোক্কনা লাক্লি।

হিরম অসিদা ইনাও ইবুংঙো নামোই তেংন্বা মীতৈনা "সনামহি মনাই মীতৈ পীবা" মীংথোনবা লাইরিক অসি মীতৈ খুন্নাইসিদা নৌহৌননা কাম্নবা পীবা ওইসনু হায়না তেং-বানবা মপু লাইনিংথৌ সনামহিদা পুনেমজহনা থৌনিজরি।

চৈচৎ ২৮।৪ ২০০০ ইং<br>শজিবু ১৫ নি পানবা<br>লৈপাক্পোকপা।

ওইনাম মনি মীতৈ<br>য়াতেমপুরেল, লাইনিংথৌ<br>সনামহি লাইনিং ফুরুপ<br>সোইবম লৈকাই, য়াংখৈ<br>খুনৌ, ইম্ফাল।

# লাইনিংথৌগী থৌজান নিজরি

…ঙো নাথোই তোম্বনা ইবা “ সনামহি মনাই মীতৈ লীবা ” …া মিংথোনবা লাইরিক হৌদগী লোইবা কাওবা থুংই …ইজেদা পাকরে । লাইরিক অমিদা য়াওদ্রিবা পীবাগী মতিক …ই, লোইমনা লমচৎ শাজৎ, তৌহৈবা-তৌহৈদবা য়াম্না মচা না য়াওরি । অমিদা মতুনা লাইরিক অমিদা মীওইবা …ই অমগী থৌগলোন থুমোন থকপী থাপী মমুৎ তানা য়াওই । …রিক অমিদা মীতৈ থুরাইদা পিবাগী মতিক ময়াই মখোক পান্দবা তুংগোন মানথোনা উরিবশি থরম্থৈদি-কোক্লগনি …না থৈজে মতুংনহ থোইনা হেন্না মতিং তৈবা লাইরিক কয়া থোকপিরকনি হায়না নিংতৈ কাম্মুং অমত্তু ওইবিনু হায়না …ইনিংথৌগী থৌজান নিজরি ।

…চেৎ ২।২।২০০০ ইং
…াংমৈবুং একাদেমী রোড ।

অথোকপম থোইবা মীতৈ
মীতৈ ঈন্নাংকী শীবা/রাম্নিলিবা

# "থৌনিজবা"

পূয়া কয়াগী মতেং লৌহূনা ফোংজবা ওজা নামোই তোম্বনা ইজবা "সনামহি মনাই মীতৈ পীব।" হায়না মীংথোনবা লাই-রিক মচা অসি হৌবদগী লোটবা ফাওবা পাজরে হায়রিবা লাইরিক অসি রাইহে য়ামজত্রবসু মুংগী ঈচেনদি মক য়াম্না চন্না ইবা রাইহে অমনা রাইহে ১০০ পোকপা ওম্বা অহুগুম্বা রাইহে ওহাক্তনি হায়রিবা কয়াসিং অসিগী মঙ্গুংদা ঐখোই উবা ফংজি অইবনা মীতৈ মুক্তম্ ঙুংশিজবগা লোইনবা অমদি ইপা ইপুবু থকপি থাপি থগৎনা চংচবগা লোইননা হিংবা পামজবা ইমান ইমাম্বা কয়াগী মমাংদা মীতৈ মুক্তম্ হন্থবা মীওই কাংবু অমা নত্তে হায়রকপিগী মমি ত্তাই, অসিগা লোইননা তিন্থৌ লাইথৌ ঈরাং থৌনি থৌরম থৌকাই কয়াগী মরমদমু মরিক চুম্বা রাইহে কয়া ইবিরি। চায়ম্বিবা রাইহে কয়াসিং অসি চুমলবনি হায়বা য়াই থোকোক পূবা খোয়াই পূবা হায়বা অমা লৈরিবনিনা থোপ্পুংলোইবু মশক খংবীবা লোইননা ইকাই খুম্নবা হায়-বসে মশানা তারবা রাকমনি। অছু নত্তহূনা হন্নবা য়েংবগী পান্দম লৈরিবা মথৈদি কৈদৌঙ্গুংদা জাতি অদো মমি সামবা নত্তনা চাওখৎপগী অমদি মীকোক থোংবগী পান্দমদগীদি লাপনা লৈথিবা তাবনি। অসিগা লোইননা মতুংদম্ব মপূনা থৌজান-বিহূনা লাইরিক কয়া পূথোকপীরকপা ওম্বা ওইবিরসমু হায়না থৌনিজরি। য়াইফরেন য়াইফবা য়াইফরে।

চৈচৎ ৬।২।২০০০ ইং
পোইছু ২৯নি পানবা
ঙুমজকৈশা !

কৈশিং থাবা
মীতৈ রাম্নি লিবা, লিখা

# অমাই পিবা অমগী ৱাকৎ

য়াম্না শেংলবা অমস্তুং চুম্নবা ৱাকৎনি। মীতৈগী লীচৎকী থৌরম খুদিংদা তাইবং পানবা মপু মহাক্কা ত ইন্দুনা থৌনিগদবা, মপু মাঙোন্দা হকথেংননা চংজতুনা থৌরম অতুদা থৌজান থৌনিগদবা ঈনাৎ অমস্তুং খুম্নাইদা তোপ তোপনা মকম লৈফম থোকপা মুপা অমগী ইতাও তাওতুনা লৈরবা খুম্নাই অসিদা থমোই শেংনা তেংথা নাওইহনা পুথোকচরকপা ৱাকৎনি। সালাই তরেৎকী মস্তুংদা পোক্লিবা ঐথায় খুদিংনা মীতৈগী শেংলবা ঈনাৎ অমস্তুং খুন্নাইবু কম্ননবগীদমক থম্মদবা য়াত্রবা ৱাকৎকী লাইরিকনি।

ইনাও ইবুংঙো নামোই তোম্বগী "সনামহি মনাই মীতৈ পিবা" কৌবা লাইরিক মচা অসি য়াম্না পুক্লিং চংবা লোইবা ফাওবা পাজরে। লাইরিক অসিদা মীতৈ ঈনাৎ অমস্তুং খুম্নাই, শম্না হায়রগা মীতৈগী শক্তম ( Identity ) কম্ননবগীদমক কুপনা মীয়ামনা থম্মদবা য়াত্রবা ৱাফম কয়ামরুম য়াওরে। ময়ামতুগী মস্তুংদা ঐহাক্না খ্বাইদগী মরু ওইবা ৱাফমনি হায়না খঙবা অমা অনিদং পুথোক্তুনা নৈনজরি।

হৌজিক ঐখোয়না পিবা হায়রগা থংনরিবা মুপা অসি মীতৈগী ঈনাৎ অমস্তুং খুম্নাইগী মতমগী খোংচৎতা মমিং হোংলক্লবা শকতমনি। মীতৈনা খ্বাইদগী শেংনা লুনা থম্মরিবা, চহি ৩০০ লোমগী মীয়ামগী ৱায়েন অমস্তুং লীচৎনা হায়জিনবা ওমত্রবা, ময়েক ১৮ না ইনা ৱাকোকলোন হীলেল থিলেন সালাই অমাইলোন পুকোক পুয়াদা অহুম্না ইরি — "অহুম তৌনা ফাউজাকপকা মুমিৎ ৬ নি মুপাতা অনম অথৌ কোকতুনা। ঈমকৈপু সেংতুনা। লাইচা ঈপাল থাতুনা। লাইনিঙথৌ

লাইলেলমা অশিম্নাপ, সিতাপানা লৈপাক মাইপা খুলাই তাঙপা। নিংথৌ মাইপা চিলাই হনপা শাতুনা। মাইচৌ মাইনৌ ওইলতুনা। আমাইপা আমাইপী সাতুনা তিল্লাং আতুপ, নাহৈ লাইলোল হাইতুনা আনম আথৌ কোকথোকলো। পয়াদা ইপধৌ পাখংবা পোকপগী মতাংদা ইবনি। হৌজিক ঐখোয়না ২১ শুবা চহি চাদা পিবা (পীপা) হায়রিবা মুপা অসি লাইনিংথৌ সিদবা মহাক মশামক্না শাখিবা (ওইখিবা) লৈপাক মাইপা খুলাই তাঙপা, নিংথৌ মাইপা চিলাই হনপা মাইচৌ মাইনৌ, আমাইপা আমাইপী হায়না পুয়াগী মুপা অদুনি। পুয়াগী বাফমদা পুয়াগী মতুংইন্না হৌজিকী পিবাগী থবক অসি লাইনিংথৌ সিদবা মশামক্না পাংথোকখিবনি। হৌজিকী পিবা অসি সিদবা মশামকনি অমরোংদা হৌজিকী বাখল্লোন্দা শিদবা মহাক্না হুকথেংনরিবা অচম্বা মীওইগা মান্নদবা বাংউলোনগী মীওইনি। পিবাগী মতিক ময়াইনা থৌরমগী মতিক ময়াইনি। অদু ওইরবদি পিবাগী য়াম্না চৌংলেম্না ইকাই খুম্নবগী মশম ওইনা তোঙানবা ফমফম পিত্নুনা সালাই তরেংকী মীওইশিংনা ইকাই খুম্নফম থোকই হায়বসিদা করি য়েংনিংঙাই লৈ। মীতৈনা পিবাবু অমসুং পিবাগী থবকপু মরু য়াম্না ওইবনি খংদনা মীতৈগী ঈনাং, লীচৎ, খুম্নাই কনবা ওম্বগী বাফম লৈতে। অনিশুবদা পিবাগী শেনকংকী বাফম। লাইরবা মীয়াম্না লৈরবা লৈপাক অসিদা পিবা অমগী শেনকংকী চাং অসি অসি ওইগদবনি হায়বগী বাফমদি য়াত্রে। ঈশৈ শকপা, পুং য়ৈবা অমনা ফংবা চাং অদুদি পিবাসু ফংফন থোকই। মরমদি পুং ঈশৈ কাংবুনা পানগী থবকনি পিবাগী থবকনা মুংগী থবক্নি, হেম্না লুরিবদি পিবাগী থবক্নি। মরম অসিনা পিবাবু ইকাই খুম্নবা ফমফম অমা পিত্নুনা থুরুম্বা শেনকং চংলিবা থুদিংনা

মহাকীসু শরুক মায়না পিকম থোক্কই । মীতৈগী ঈনাৎ, লীচৎ, থুমাই কনবা ঙমগনি । চরা হেল্লবা পিবানা কনা শিংহুনবা হৈহুনসু মীতৈগী ঈনাৎ, লীচৎ, শক্তম কন্নবা হোৎনবা ঙমলোই । অসুম ওবদা পিবা অমগী মতিক ময়াই করি চেনগদগে অহুগা কল্লি মথৌ তৌগদগে হায়বা অহুদি পিবাশিংগী মরক্তা মুমা থমবিগদবনি । অশোয় অত্তাম লৈতবা, মরিল চুবা, মরৈপাক নিংবা হোৎনবা কনবা পিবা তনা ঈনাৎ কনবা ঙমগনি । ঐনা মথক্তা ইজন্নিবা থরা অসি লাইরিক মচা অসিদা অইবনা থম্মোই শোক্না বাকৎলকপা থরা সলাই তারেৎকী মীয়াম্না তাবীকম থোক্কই হায়বগী বাফমদা ঐন্থ বাকৎপা য়াঙঙবনি । লাইরিক মচা অসিদা, মীতৈ থুমাইনা, মরু ওইনা সনামহী লীচৎ চৎলবা মীয়াম্না থংকম থোকপদা থংত্রবা থংত্রগদি ঈনাৎকী মতিক ময়াই হস্থগদবা শেংলবা বাকৎ কয়া য়াঙঙি । বাকৎশিং অসি কুপনা নৈনবিহুনা ঈনাৎকী অবাংবা থাকপু হস্থিদনবা হোৎনশিনবা সলাই তারেৎকী মীয়ামদা, মরু ওইনা সনামহী লাইনিং চৎলবা মীয়ামদা নোমুকচরি ।

ইম্ফাল,
১০/১/২০০০

বাংথেমচা চীংতমলেন
শগোলবন্দ থাংজা লৈরক ।
Sr. Advocate, Pioneer
writer in Meeteism etc.

# থোৌরমদা পিবা, মাইবরেলগী তঙাইফদবা

মীতৈ ফুরুপকী লাইগী ওইবা থোৌরম অমা হেক পাংথোকপদা লাইগী তিনথৌ লাইথৌ হৈথা-লৈথা, ইরাং-ইশোন, লাই-তাইনবা ঙম্বা, অথংবা-অহৈবা মীওই অমদি তঙাইদনা অহমক চংই। ফমথৌ অসি মালেম তসিদা লৈরিবা অতৈ লাইনিং কাংলুপকী লাইগী থৌ পুরিবা, অথং-অহৈ, মীয়ামমা য়াম্মা ইকাই খুম্নবগা লোইননা হাপলিবা থমলিবা লাইতাইবগী থৌ পুরিবা তৌরিবা মীওইশিংছুগা থোইনা খেম্নবা লৈরমলোই. শোইদনা মান্নফম থোকই। খুদম ওইনা মুস্লিমশিংগীনা মৌল্বী/ইমাম, খৃস্টানশিংগীনা পাদর/ফাদর, হিন্দুশিংগীনা প্রোহিত/পণ্ডিৎ পুজারিনচিংবশিং অসিগুম্বনি। মীতৈ ইপা ইপুশিংনা য়াম্মা লিরবা মতমদগী হৌনা লাইগী লাইথৌ পাংথোকলিবা অথং-অহৈ মীওই অদুবু মাইচৌ/অমাইবা/পিবা/নমু পোংশেম্বা/লুরাং লাকহনবচিংবা মতম মতমগী য়াওন মঙ্গংদা কৌনহুনা অমম্মং থংনলাকই। অদুবু অথেংবা মতম-পুয়া মৈ থাগ্রবা মতুং, অমুক হন্না মীতৈশিংনা য়ানিংদ-য়ানিংদনা লৌরুবা মীয়ান লাইনিংদগী মীতৈ ইশাগী ইপা ইপু লাইনিংদা হল্লিন্নরকপা মতমদা ইংরেজি কুমশিং ১৯৩০ মীতৈ ফুরুপপু মিং পাংহল্লম্বা লাইনিংহল নাওরিয়া ফুল্লো, অহল ইবুংঙো অখেল্লম্বম বোকুল, পুখ্রম্বম সুরচান্দ অমম্মং হবোমচানাচিংবা মীতৈ স্নামহি লাইনিংগী লময়ানবশিংনদি ফমথৌ অসিবু "পিবারেল" হায়না থংনফম থোকই হায়বীরমখি। অমাইবা, পিবা নমু নোংশেম্বা, লুরাং পাংহনবা অমম্মং মাইবদগী থজিক্কং রাংহনিংবা মতিক ময়াই লৈহননিংবগী রাথল্লোন অমা অহলশিংছুগী রাথল পোমিত্তা মমি তাই। রাথল্লোন অসি মুম্না

অস্থরবদি হায়নিংঙাই লৈতনা চুমলগনি অমস্থং চুমগনি। মরমদ্রি ফমথৌ অসিনা রারি লাইরিক পুয়া পাহনা মীয়ামদা তাহনগ-দৌরিবনি। অনৌবা মঙ'ল পীগদৌরিবনি অমরোমদা মীগী মরোন্দা হায়রগা ইনাৎ লাইনিংশিগীদি গুরুনি, গুরু হায়বদি 'গু' অমস্থ অমস্থং 'রু' মাংহনবা ওস্বা মতিক ময়াই লৈবা মথৌ মঙম চাওবা (Authority) মীওই অমগী মথৌনি। ফমথৌ অসিনা ইনাৎ অসিগী ময়েক মচু শেংনা মালেমগী মীয়ামদা উৎননবা হোৎনরিবা উৎলিবা ওস্থোক্না রাংবা অমস্থং অক্রবা অৱাবা চৈথেং কয়া মাইয়োক্নরিবা মাইয়োক্নদনা লৈথোক্নপস্থ মাদরা ফমথৌ অমনি। ফমথৌ অসিনা অমস্থং লাইথৌ তৌরিবা মীওইশিংশিনা মীতে লাইনিংগা মরি লৈনবা চৎনপথাপ, চৎন-লোনচৎকী অকনবা চৈঙাক মথৌ মঙম (Authori y) ঙাক্নরা চৎলিবনি। করিগুম্বা ফমথৌ অসিগী মথৌ-মঙম তৌরিবা মীওই অহনা মতিক চাদবগী মতিক চাদবগী মথৌ মঙম (Authori.y) লমচৎ শাজৎনা চেন্থহনা ফুরূপ অসিগী মতিক ময়াই লাইনিং পথাপ মাহুৎবগী মরমস্থ ওইবা তাবনি। ঙিস্থৌ লাইথৌ অমস্থং পুয়া রারি লাইরিক পাবা লিবগী ফমথৌ অসি পিবা হায়নবা কৌনিংদ্রবদি মাইচৌ/মাইনৌ হায়না কৌনবা থংনবা তাই। পিবাগী মথৌ-মঙম পাইবা মীওইবু অমাইবা কৌবদি পাইরিবা ফমথৌগা পাংথোকলিবা থৌগা মিংথোলগা চান্নদে।

# “পিবাগী থৌ তৌরিবা মীওইনা ঙাক্লদবা চৎনরোল”

১। পিবাগী থৌ তৌরিবা মীওই খুদিংমক্না লাইগী থৌরমগা মরি লৈনবা চৎন-পথাপ অমসুং চৎনরোল পুম্নমক ময়েক শেংনা থংবা মথৌ তৌবা ঙম্বা, থবক্তা ওন্থোকপা ঙম্বা অমসুং অথং অহৈ অহনশিংগী মনাক্তা চত্তুনা খল্লকপা অহনগী য়াথং য়াওনা মথৌ মঙম তৌবা ঙম্বা অথংবা অহৈবা মীওই ওইগদবনি।

২। লাইথৌ অসি তৌবা মীওইশিংদি মুস্বাল্লোন মমুৎ তা'না থংলবা। পিবা অমা ওইবগী তালোই তুইন তমজুনা মরাল লুহোংজুনা ফম্বাল তোংলকপা মীওই ওইগদবনি।

৩। লাইথৌ অসি তৌবা মীওইদি থৌগল্লোন ৯ অমসুং লাইনিং খুদা ৮ গী মুং অমসুং পানগী ঈচেন মমুৎ তানা থংগদবনি।

৪। লাইথৌ অসি তৌবা মীওইদি য়েক্লবা ৬ মশক থংবনি অমসুং য়েক্লবা ৬ তগী লাপথোকপা ঙম্বা মীওইস্ত ওইগদবনি।

৫। লাইথৌ অসি তৌবা মীওইদি তেক্তা কাইদবা লাইনিং লাইশোনগা মরি লৈনবা য়াথল য়ারেপ তৌরবা তুফাং কাইদবা অমসুং তুমন লৈমন চিন্দবা মীওইস্ত ওইগদবনি।

৬। লাইথৌ অসি পাইজুনা মথৌ তৌরিবা মীওইশিংনা (মহাক অমসুং মথোয়শি) মীতৈ ঈনাৎকী শকয়েং মীংশেল্লি। ঈনাৎকী লেমফুনি ময়ুনি হায়বশি কাওরোইদবনি।

৭। লাইথো অসি পাইরিবা মীওইশিংগী চাকচা য়ুথক অমসুং ফিরেং চাকচা শুমমককা লাইনিং যুরূপ অনিদি লাইনিংথো ইবুংঙোগী থোগ্নাই অমা ওইবগী মশাদা মখি তাহন্দুনা অমসুং শরুম তাক্নুনা চংকদবনি।

৮। মেন তানা থংদনা অথংনা শাহ্নুনা কনাগুম্বা অমনা ইবা নত্রগা পুথোকপা লাইরিক মচা অমা হেক্তা পাইরগা পারগা থোরম হেক্তা পাংথোকপা তৌরোইদবনি।

৯। থৌ অসি তৌরিবা থৌ অসিগী মতিক ময়াই (Quality), মথৌ মঙম (Authority) অমসুং ইকাইখুম্ববা করিমত্তা থমদনা ইশাগী অবামনথক্তা য়েংহুনম থৌ তৌরোইদবনি।

১০। থৌ অসি পাইরিবা অমসুং থৌ অসি পাইরিবশিংতদি চহি অমসুং অহল-অঙাং য়েনা থম্না চংনরোই। মতম পুম্বদা লাইনিং যুরূপ অসিগী পুকে কনি পুরেম্নি মথৌ মঙম চাওবা (Authority) মীওইনি মীশকনি হায়বশি কাংকরোই। তয়াং তশোইনা লাইরিক লাইও পুথা লোইনরিঙেদা পিবাগী থৌ পুবা মীওইশিংনা কৈদৌঙৈদম্ব মীরক্তা চাহ্নুনা ফমফরোই।

১১। পিবাগী থৌ পুবা মীওই অমত্তনা মীরক্তা চংহ্নুনা অচা-অথক য়েনবা অমসুং কনাগুম্বা মীওই অমত্তগী থোগলোই ওইবা য়াদে। থৌ অসি পাইরিবশিংনা কাওরোইদবনি। মীগী থোগন চংবা কাংবুনা লাইগী থোগলোই অমুক ওইবা য়াদে, মতিক ময়াই চম্মে নামুংই।

১২। থৌ অসি পাইরিবা মীওইনা ময়াই কাবা চিঙাক মথং অমত্তা চাবা থকপা য়াদে।

১৩। লাইথৌ অসি পাইরিবা মীওইদি মতম পুম্নমক্তা লাইগী মনাক্তা লৈবা য়াবা লমচৎ অমসুং লিচৎএক চৎকদবনি।

১৪। লাইথৌ অসি পাইরিবা মীতৈ পিবাদি অকনবা শরি ৱাশক ওাকপা, চাবা য়াবা য়াদবা চাহেন ওাহেন চৎন লমদাং পুম্নমকপু ওাক্তনা শেম্নচুনা ইশানা হাম্না থাচুনা পাইচুনা মীয়ামগী লমজিং লমতাকপা, তোপতোপ্পা মতিক ময়াই চেনবা অমসুং মথৌ মওম-পাংবা ওস্বা মীওই অমা ওংশোই শোইদনা ওইগদবনি।

মীতৈ শলাই ৭ কী ৱাংমদা লৈবা মীওইশিংনা থোং থাকপা লুকলেন উজ্জনবা থংজদবশিংনা ফনা হাযজচুনা থেমজদনস্থ অপোকপদা কংফরোই নামুংই অমসুং মথোইনা থোং থাকপা পোংলম অমত্তা মীতৈগী থৌরম তৌবা পিবাদি চাফরোই, করিগুম্বা চারবদি মতিক ময়াই মাংহনি চমগনি।

১৫। লাইথৌ অসি পাইরিবা তৌরিবা পিবাগী থৌ পুবি-রিবা পুম্নমা মীতৈ ইপা ইপুনা লুনা নিংনরম্বা লাইনিংথৌ স্নামহি, ইবুধৌ পাখংবা লৈমারেল শিদবী শল্লাইরেল শিদবা অমসুং অতৈ অতৈ লাইগী হৌরক ৱারি মমুং তানা থংগদবনি। খ্বাইদগী মরু ওইবদি পোকপা হিংবা শিবা লাইথৌ কুমহৈদা করম্বা লাইনা মকোক ওইগদগে, কনাদগী হৌরগা কনাদা লোইগদগে থংগদবনি। হৌরক ৱারি থংজবদি থৌরম থৌশিলবু মমুং তাবা থংবা উবনি হায়বা য়ারোই।

১৬। মীতৈ লাইনিংদি য়ুমবাল্লোম্নি হায়বসি পিবাগী থৌ পাইরিবশিংনা থবকনা ময়েক শেংনা উৎকদবনি। য়ুম্বাল্লোন থংজ্রিবা মক্তগা খোংদাজ্রিবা মীওইনা মীতৈ পিবাগী থবক কৈদৌঙৈদসু পাংথোকপা তৌরোইদবনি। য়ুমজিন

বাকৈফ থাজিনা নীংঙইনা পিবা শাবা য়াদে, নামুংই। পীপা মশক থংই হায়বগী পিবা হায়না থানরিবনি মতিক হকথ্রবা পিবাগী থৌ অমিগ মেন-মান তানা খদ উদবা, মতিক ময়াই লৈতবা মীওইনা পিবা শাদুনা লাইনিংথৌ মামহি ইবুধৌ পাখংবগী লাইনিং কাংদোন ঘুগাইনদা য়ুখাইনবা হোৎনবদি লাইনিংথৌগী চৈদি চংশং শংনি।

মথক্কী চাওরাকপা চৎনাবা থলান-শিংগী য়াংদা খংলে হৈরে হায়দুনা হেক্লা তৌশিল্লগা লোইরে কনাসু থংলোই উরাই খনদুনা পাংদো লৌশিনবা চিংউ লাইশিংদা মীনম চাবা অমসুং লাইথৌ তিনথৌ তক্তা পাংজোকপা, থাজববু মখংদা থমদুনা পৌরম পাংথোকখিরিবা থৌবুংগী চোজমন মতৈ যংবগী মহুত্তা লাঞ্জনা নীং কদুনা পিবা না দিবা অমসুং থৌবুশিংগী তেকশিন হজিনবা ফংদুনা অথাবা চৈথোং ফংবদি শোইদবনি। অসিগুম্বা লৈতেনপা লাই মীনম চাবগী থবক অসি মীতৈ ফুরুপ্ত চুংশিবা, মীতৈ ইমাপুনা দনিংবা অমসুং থনবিবশিংনা শোইদনা থাদকিদবনি। ঐহাক্না নহাক্না, মখাইনা পাংথোক-লিবা পৌরম পুম্নমক অসি কনাগীনো কনাগী দমকনো? মীতৈ ঐগীনি, মীতৈ ঐখোইগী চপ্পানে, মীতৈ অমগী অমসুং মীতৈ মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক্নি। মাংলবা তেৎবা পুম্নমকতি মীতৈ ফুরুপকী য়েক্লবনি। লাইথৌ তিনথৌ পৌরিবা পিবাগী ফমাথৌ অসি ঐখোই মীতৈ ইনাং চংপা পুম্না মতিক ময়াই চেনহনবা হোৎনবা তঙাই ফদবনি। ফমথৌ অসিগী মতিক ময়াই ভাকপদা হাপ্পদা থৌ অসি পাইরিবা নীংথৌথকনা হেৎনজবা অমসুং চৎনরোম পগাপ ভাকচবতনসু ওইবা য়ারোই। লাইনিং অসিবু চংলিনা মীতৈ পুম্না শোগংলিবা ইকাইখুম্নবিবা অমসুং থৌগংলিবা তঙাইদবা মখো নৈ। মীতৈ খুনাইদা চৌঙক

চৎনরিবা পিবাগী থৌ পুজরিবা মীওই অমনা ময়ামা য়েংলিবা মীয়েং চৎনরিবা মওং মতাং অসিদা কৈনহৌবা মতাং চাত্রা থৈঙ্গে, অচুম্বা অমসুং অরানবসু'দ ময়ামা নৈনবীয়ু। পোকপা, হিবা শিবা থৌরম পুদিংমক্তা পিবাগী থৌ পুজরিবা মীওইসু কৌবিরুরে। পিবাগী থৌ পুজরিবসুনা পিবা অমগী লোইনগদবা পুন্না লাইরিক, লাইথো তৌবগী ফিভাং কোইখুনা লাকচেনদা ফমফম অমা নাইরেই ফিদাস্থ পাদিরোই। পিবতুনা ফৎবা মফম অমদা ফমজরে। ঙাইহাক চৎথোক থোংথোকচরুবদা মশাস্থ শেংদোক্তবা মীওইশিংনা য়াম্না উপিং-পোৎইদনা মঙংদা তয়াং তশোইনা অমসুং মমল য়াওদনা পিবাদুগী লাইরিক মযোমহু ফাক ফাক্লনা পাবা, য়েংবা অমসুং মপেং মচৈ চই-থাইদুনা থবীবা অসিকুস্থ কনুনা মৈথু ওকলগা কামশিননীবা বাচোই রারেম ঙাংশিনবিবা, কংওশিনবিবা পুম্মকসি অচুম্বা হাইবদুরা কনাগুম্বনা মীতৈ ঈনাং চৎপাশিংনা কুপনা কৈনবীয়ু।

লাইথো তিনথো তৌজরিবা মীওই অমগা অচম্বা মীওই-শিংগা ফমফম মামবা অকনুং শেন্নবা মিৎয়েং থমদবা হাইবশি অচুম্বা ওইরোই, মালেমশিদা লৈরিবা লাইনিং বাংলুপ অমত্তগী মনুংদা চৎনরমলোই। হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা মীতৈশিংগী মওং অসিদি য়াম্না লাইবক্ক থিবা মওনি, পিবাগী থৌ পুরিবা মীওইশিংশি থৌরম মপুনা অমসুং অরাংফনা ফংশিংনা হায়-বিবমথৈ পংইন্দা ইনবা পংয়াদা য়াবা পৈশা খরা পিরগা লাইহাক্কী অকোকপা মীওই অমগুম্না য়াম্না চম্না য়েংবগী লেইনবগী মওংনি অরেম্বা মরি অমগা লোইমনা ইফাই খুম্নাঙগী মওং লৈতে, পিবা অমা ওইনগী মথৌ মতম ( Auth rity ) মতাংগা কন্নিমত্তা খংনিদে থবী'দ। মরক অসিদা গৌরাংগা সম্প্রাদাইদা লৈবা মীওইশিংনা মীতৈ ঈনাং চৎপশিংগী থৌরমদা

অরাংফম ফমলমলবদি অমুক্তা হেন্না পিবা অচুবু য়েখৎনবা অমম্তুং ইকাইবা পিখবা বম্না হোংনবিশ্রগনি। রাফম অসি মীতৈ ঈনাৎ চৎলিবা পুমবানা উদে, খংদে, থিজিনবীদে পিবাগী থৌ পুজরিবা মীওইতুগী মরম্লাই রাফম ওইনা করিম্মু ওইদনা লাইনা থম্লি। রাফম অসিনা মীতৈ ঈনাংকী ঈচেন্দা কয়াম কাইবা হায়বতু মথোইনা খংবিদে উবিদে। অরাংফম ফম্ব-শিংতুনা পিবাগী মাইয়োক্তা তৌরিবা থৌওংতু মীতৈ ঐখোই-গীমক মা'নবা শিল্লিত্রা ফনবা তৌরিব্রা হায়নতু থিজিন্নদে। মাগী মাগী থৌরমতু হেক্তা পাংথোকহনগা লোইশিনহনগা লোইরে শিদনি তৌনরিবা। মীতৈগী থৌরমদা পিবাগী ফমফম নাইদ-বশিদি মীতৈ ঈনাৎ কনবিরম্বা হোদোকপিরম্বা লময়া'নবশিং-হনদি পামলমদবদি নত্তে। পিবাগী ফমফম নাইদবা হায়নশি অচৌবা অকাইবা হৌনদবা চৎনরোল্ল য়াওদবা ফমফম নাইদবা পিবানা শৈহৌবা মীতৈগী থৌরম মকোক মরু পানবা থৌরমনি খনবা কনানম্মু য়ারোই। চহি খরশিদা থিজন হু জদা মংদা চংশিনবা পাম্বা কাংবুনা পিবাগী ফিদা থাদবা য়াদে, ফমফম নাইদবা পিবানা পুকোক পুরেন ওইহনা পাংথোকপা ঈনাৎকী থৌরম মওং মরিন নাইবা থৌরম ওইবা হৌনদে, পিবাগী ফিদা থাবিতুনা থৌরম পাংথোক্কদবনি হায়না মাইকৈ খুদিংদগী কম্না লাওনরক্লি। অকনবা রারেপ অমগা লোইননা "লাইগী মনাইদি লাইগী মনাক্তা ফমগদবনি লাইনিংথৌ স্নামহিগী মনাই মীতৈ পিবাদি থৌরম খুদিংমক্তা লাইনিংথৌ স্নামহিগী ওইদা থৌগল তৌতুনা ফমহনগদবনি" হায়না লাইনিংথৌগী ওইদা ফিবা থাবিতুনা ফমহনবা হৌখ্রবনি। খোংথাং অসি অচুম্বনি য়েৎননিংঙাই লৈত্তবনি অমম্তুং তঙাইফদবনি। লাইগী মনাইনা হিরি কোম্মুনা লাইগী মনাক্তা ফমজনা হায়বা রাকমশিংদি

চংনলোম য়েংলে চুমলবা থোগাংলান্দা য়েংলে কাইথ্রবা হায়নিং-ঙাই নৈতনা ফজগ্রবা কাংলোম্নি। রাকম অসি থনক ওইনা পাংথোক্ত চৎথনবা, ফৎননা হোৎনরকপা পিবাগী থৌ তৌজনা মীওইশিংনা লাইনিংথৌগী থৌগন তৌহুনা ফমঙগে হোৎনজনদা মুংঙাইতবা পাঙনিংথেন তাহৈদবা তোক্‌ডা শন্দোরকই কনা কনানা শন্দোরকইবা ?

অহানবদা — মীতৈ ঈনাং শেংনা চৎচবা ঙমদবা শিজু শুহনা মরক শরক ইতোং তোংশিংহুনা পংচং চৎনিংবা মীনা পিজ-রিমথৈ পংচা চাবা পংথক থকপা শুমাংদা তুল্লাশি থাবা পাম্বা কাংবুনা।

২ শুবদা — শুবদা ঈশৈ শকপা পুং ৈয়বা কাংবুনা থুগ্রবা রাখল্লেন অমদা পুহনা মথোইগা চাথুং ফিথুং মাম্নখিদোরে, অমসুং পিবাবু থাক হম্বনা পুং ঈশৈ তৌবশিংদগী থমনিংবগী

৩ শুবদা — ঈনাংকী মরিন শেংদবা অরাংফম ফমনশিং অমসুং গৌরগী অরাংফম ফম্বশিংনা লাইনিংথৌ ইবুংঙো শন্দোং অপানবগী মতিক ময়াই রাংহল্লিংদবা অমসুং হাপনিংদনদগী পিবাবু লাইগী থৌগল তৌহনিংদবা ফমহল্লিংদবা অমসুং পৌগনদা লোইননিংদবা, তাম্থোকনিংবা চিংথোকনিংবদগী —

৪ শুবদা — মীতৈ ইনাং চৎপা কাংবুবু থওই উশিৎপিদবা ইম্বনা য়েংবীবা, মীতৈ ঈনাংকী পিপাবু হংগোইবিবা ভুকচবা ইকাইথুম্মনিংদবা গৌরগী অহনশিংনা ংক্রপ মপাং মুংশিনবা চান্নবা শাশিন্নহুনা মীতৈগী মশেন থৎনহুম্নবা লিংজেন মাম্নদনবা য়াই থাবদা ঈনংতি চঙলগা মচু শেংনা চৎপা ঙমজদবা, মচু শেংদ্রিবা মীতৌ পাম্বা অহনশিংনা শক মাই য়েংহুনা মথোইগী মথা মপাও লৌবদগী —

৫ শুবদা — পিবাগী থৌ পুরিবশিংগী মরক্তা পিহাগী মতিক ময়াম্ভ চেন্দবা, চেমবম্ভ হোৎনবা ভুমক্কদবা, মচিঙ্ক, লিচৎ অমসুং মরমচৎ চুপ্পা ভাকচা ভুমক্কদবা, চৎনরোন পথাপ মপুং ফানা ভাবপা ভুমদনা তেয়াং তেশ ইনা য়ান য়ানবা মতম মতমগী ওইনা পিবা শাবা অরাংফম্না হায়রিবৈ পংইন ইনবা কাংবুনা লাইগী মনাক্তা থৌগল্লোই ওইনা ফম্না কিবা অমসুং হেজোইবদগী তাৎ পাৎ তৌহনা ভ ইহ কী ওইবা মঙংদা পিবা শাবা অমসুং তোকভা শান্দোকপা কাংবুদা মতেং পাংশিন্দুনা অফবা শাবা হায়বা ইনবা মপুক ফবা শাশিন্নবদগী —

৬ শুবদা — অপাংপাদা হুয়িং থাজিনবগুম, ইরুজনিংবদা থোংগ্রা তেকপগুম অফবা শাহুনা লুৎফেৎ তৌহনা লাইনা লাই পোকপা ঐনা ঐ থাকপা পৈশা খর অরামন খর ফংলগা লোইরে খনবা মীনা ইকই থুম্নীবদগী মরক্তা পৈশানা হেন্না লুমনা লুনা থনবা কংবুনা পিবা শাবা, মীনা হায়রি মথৈ পংইন ইনবা থৌরম তৌবা ঈনাংকী অমাং অতোংদি য়েংদবা পরিং পথাপ লৈতবা, মশাগী মথৌ মঙম ( Authority ) য়েংদনা থন্দনা পিবা শাহুনা থৌ পুবা কাংবুনা নাকোইননা পিবাগী ফমফম থাহল্লিংদবদগীনি। মতাং অসিদা অইবনা হংজনিংবদি ঐখোইগী মীতৈ ঈনাং চঙলিবা ইপা ইতোন লময়ানবা অহনশিংনা তিস্থৌ লাইথৌ তৌজরিবা পিবা শম্বোং অপানবা লাইনিংথৌগী ওইদা থৌগন তৌহনা ফমজবদা অমুক তাথি শোইনাইবিরিবা অমসুং পাম্বীদ্রিবশি করিগীনো, করি মরম লৈবননো ? গোরগী অহল্লমন ইপা ইতোনশিং অমসুং অরাংফম ফম্বশিংদদি করিগী শাঙরুনি বারোরুগনি ? বারোরুমম্ব থোক্তে, মথোয়দি মতম পুম্বদা বামোন্না থৌরম তৌজবদি অমসুং মখোইগী মথক্তা নেত্তুনা ফম্বীদ্রবদি চাক ঈশিং চংজবা

পেঞ্জবা লুংঙাইজবা মনিং থুংজবা বাংবুনি।

অইবনা ইনাৎ চৎলিবা ইপা-ইপোন মরূপ মপাংশিংদা হায়-জনিংবদি ঐখোইনা ওসিদি ইনাৎ চৎলে হায়রগা গৌর কাংবুগী অপাম্বদা অতুম চৎখিশি ইনখিশি হায়রিব্রা? গৌরগী অহন-শিংবু লাইনিংথৌগী মনাক্তা লুক ফাংহন্লিংলিবসিনা করিগীনো? লাইনিংথৌগী ফম্বান্দা চুরূপ তান্থি কনশিনবীনবা, লাইনিংথৌগী ফ্যানদা লিচৈ থম্বীনবা, তুমনিংঙকপা মতমদা লাইনিংথৌদা কংচরি। হৈরা লামতুবা চাথোকপিনব্রা? হ্রাফম অসি নত্তনদি গৌরগী বাংবুনা ফমমেন্দা কাহনবা ফংহল্লবগী অপাম্বা লুংগী ইচেন করি করিনো? মতাং অসিদা লাইনিংথৌ শম্ভোং অপানবা থৌরম মপুগী ওইদা কনানা ফমংদগে হায়বশি নৈন-হৌগা মতাং চাই।

মীতৈ খুন্নাইগী চৎনরোন্দা মাই নোংপোক ওন্না ফম্বা থৌরম অতুগী অশোই অঙম য়েংশিন্নবা অথং অহৈ কাংবুগী ফমফমবু ফমবৈ ফমকোক কৌই। মহেক্কী হায়রবদি থৌরম অতুবু মুন্না মমুৎ তানা থংবা, রাতেম্বা ওৎগৎদবা, মতাং চানা য়ুম্নদা তাকপিন্নুনা থৌরম অতুগী অকাই অতোই মেল্লিবা কাংবুতনা ফৈম্বদা ফমহনগদবনি। মসিনা তাকলিবদি মীতৈ ঐখোইগী থৌরমদদ মীতৈ ইনাৎ চৎপা অথং অহৈতনবু ফমহনগদবনি হায়বনি। অতুবু ওসিদি কাংলান অসিগী ওন্না তৈনবদা চহি য়ামলবা চৈত্ত য়াওব্রবদি হৌগৎ কা থৎপা ওমপ্রবা ইনাৎ চৎপম্বু নত্তবা কাংবুবু ফম্বৈদা কৌশিন্দুনা তরাম্না ওক্কনা ফমহল্লি, অহল অতুনম্ব অমুক মখোইগীদি অথং অহৈ গুরু ওইরিবা মখোং পাইদুনা লাংচরিবা, বামোন নহাত্থ কৌশিল্লগা মকোক্তা ফমহনখ্রে। মসিদা মীতৈ ইনাৎ চৎপা অহল লমন চহি য়াম্না

য়ামদবা অঙাং অহল য়াম্না খিবা থাইবা অৎৎ অপা। শ'বা য়াম্না পামজবা কাংবুনা করি তৌবা উম্মী। কঁখেদি নহা ওইরবস্থ বামোনশিংনা কাথংতুনা ফম্বদি লাম্দবনি অচুম্বনি মরমদি মথোইগীদমক্তি (গৌর কাংবুগী) বামোনশিংশি অথংবা হৈবা গুরু/মাইচৌ ওইরবা কাংবুনি। মীতৈ খুন্নাইগী অরিবা চংনবীদা ফম্বে হায়রবশিংদি থৌরম অদু মমুৎ তানা মুন্না খ'দবা চহি য়াম্বা অহলশিংগী ফমফম নত্তে. চহি য়াম্বা অহলশিংদি লাইনিংথৌ ইবুংঙোগী য়েস্তা থারিবা ফম'মনগী ফকশাংদা ফমহন-গদবনি। পিবাগী থৌ পুরিবা মীওইশিংশি বামোনগুম্না চপ মান্নবা থৌ তৌজরিবা অথং অহৈগী কাংবুগী মন্নুং চনবা মরমনা লাইনিংথৌগী থৌগল তৌহুনা নত্রগা অথং অহৈগী ফমফম ফম্বেদা মাই নোংপোক ওন্না ফমহন্দবা য়াদবনি তঙাইফদবা অমম্ভং অচুম্বা থোংথাং অসিদি য়েংনফম শুগলে লেতবনি। ব'ফম অসিদা অঙাং অহল চহি থিনবগী মথৌ লৈতে!

পিবান্না লাইনিংথৌগী ওইদা ফমহুনা লাইনিংথৌগী থৌগল তৌহুনা লৈরবদি মৈরা মেক্রুক মুত্তনবা শেন্নগদৌরি লাইনিংথৌ ইবুংঙো মহাকী মফমদা থৌওই উশিত্তবা থৌগল্লোন কাইব' থৌ অমত্তা তৌবা য়ারোইদৌরি ঙাকদৌরিবসি, থৌরম অদু অক'ই অতোই থোক্তনবা যুন্নুদগী য়াইফনবা হিরি কোন্দুনা ফমগদৌ-রিবা থৌ পুন্নমকশি য়ামহি লাইনিংথৌ মনাই পুম্বনা থন্থবিবা উবিবা মতম ওইরবনি তঙাই ফত্রবনি। মীতৈনি মীতৈনি ইনাৎ চংলবনি হায়হুনা লাইনিংথৌ ইবুংঙো মহাকপু তাথি শোই-নাইবা, মতিক মযাই হাপনিংদা রাংহল্লিংদবা, চাওহল্লিংদবশিংদি মীতৈ ইনাংকী রাংমদা লৈবা কাংবুগী তোকও, মরা মপাওদা পুক্লিং লুম্না অমম্ভং ইশাগী লাইনিংবু লুনা চেকশিন্না থন্দবগী মওং মতৌনি। মসিগী থৌওং অসিমু "মীরাল থাংবা উমদহুনা লমজা পুবা" হায়রবহুগী মওংনি হায়জনিংই। অথুবা

মতম্গী মমুংদা অসিগুম্বা মওংশি থাদোকনব্রবদি মীতৈ ঈনাংকী য়াইফবা চাওখৎপা হায়রু ওইগনি নিংদে।

থৌরম খুদিংমক্তা মীতৈ ঈনাংকী চৎনমদাংদা (লৈকৌ নোংছৌ লৈশেম নোংশেম্বদা মপাবু ইবুংঙো শলাইলেন শিদম্বা খাইয়াবিথিবা মতুং ইন্না লাইনিংথৌ শম্ভোং অপানবা সনামহি ইবুংঙোনা থৌরম খুদিংমক্তা শোম্বুগী মপু ওইবীদুনা ভানথোইবিরিবনি। ইবুংঙো হক্কীদমক্তা হৈ অমত্তং লৈ অমত্তং শম্ভোং মকাইদা কৎচবা অমম্তং ফম্বাল অমা নাইবা হায়রশিদি হুন্থাইফদবা মীতৈ ঐগী শোইফদ্রবা ঈনাংনি চৎনরোম্মি। তাইবং মীনা শংলেন অমম্তং শোম্বুংগী মপু ওইবা য়াদে তৌহৈদে। ফমফম অসিদা লাই শাদুনা মীতৈ পুন্নমক্কী লৌরাইদা নেংপা অসিদি মীতৈ খুন্নাইবু মাংহন তাকহন্নবা থমাইলোন শান্দুনা খম্বগী বানি। মীতৈ ঐথোইগী লাইতাই-নবা পিবানা ফমজদি লাইনিংথৌ শম্ভোং অপানবগী থৌগন ওইনা লাইনিংথৌগী ওইদা ফ জবনি। লাইনিংথৌ ইবুংঙোদি মতিক চাওবা অতিংকোক মরু শিদবা তাইবং মপুগী শাইওন লাংওন্নি, তাইবংগীদমক বাবিবা মপুনি, ইবুংঙো মহাক্তনা পোকপা হিংবা শিবগী কুম্মৈ শাম্বিরিবনি য়েংবিরিবনি। ইবুংঙো মহাক্কি মচা মনাইনা নিংজরিবমথৈ নোঞ্জারিমচে, লেংদে চান্বী হৈবা য়াইবীরেন শিদবনি মৈরা মেক্রুক্কী মমন বাংপা য়াদে, অদুক চাওবা থৌরম অনা তৌরপা লাই-নিংথৌ মহাক্কী মৈরা মেক্রুক করিগী বাংহনবানি? কনাগুম্বা মীতৈনা লাইনিংথৌগী মৈরা মেক্রুক থৌওইদ্রবদি লাইনিংথৌ ইবুংঙোগী মফমদা পুক্নিং অরেম্বা অচেৎপা লৈতবা, থাজবা অমম্তং অনিংবা লৈত্রবনি। লাইনিংথৌগী ওইদা মৈরা মেক্রুক শোমদুনা হিরি কোন্দুনা বাংলেনবদি মীতৈশিংগীদমক্তনি, ঈনাং

লাইনিং চাওখৎনবনি, য়াইফনবনি। য়াক্নম অসিদা মীতৈ ঈনাৎ চাওখৎহল্লিংবা পুম্নমক তিল্লাং য়োৎথবীডুনা খন্তবিবা মতম ওইরে। মীতৈ ঈনাৎ সনামহি লাইনিংবু মতিক ময়াই হাপ্পা পিবাশিংগী মথৌ মওমনি, মশিম্নি।

কনাগুম্বা কৎচনিংবা কাংবুনা পিবাগী মথৌ মওম চাওহল্লিংবদগী থৌরমদা পিবাগী ফিরোই ফিডাম তম্বা অমম্তং শেন থাবগী মতাংদা মীতৈ ঈনাৎ চৎপা কাংবু থরনা মথৌ ওইনা য়া য়া মতাংদা খম্নার ডাংনার নৈনার অশাংবা পেন্দবা বয়া ফোংলাওনা খম্নার ডাংনার নৈনার। অশাংবা পেন্দবা বয়া ফোং-দোকপম্ম য়াওনরি— পাম্মী পামদে হায়নার য়েৎনরি। অদুবনা মতাংশিদা অগুংপা শেংদোকচরি, মীতৈ ঈনাৎ চৎপশিংনা পুং য়েবা ঈশৈ শকপশিংনা ডাইহাক্নং চোংলনলগা জাগোইমলগা পৈশা চবুন চবুন পুথিনহুদি করিস্ম হায়নদে, নাচুংদে, য়েৎনদে, শাওনদে। পুং য়েবা ঈশৈ শকপথক্তনা মীতৈ ঈনাৎ অমম্তং লাইনিং লাইশোন লৈচৎ অসি কনবা ঙমগদ্রা ? শেন থাবগী থুংগী ঈচেন বাংউলোন বাথল্লানদা করিগুম্বা থৌ অমগী অরামম কৎপা নত্রগা মওং পাংবা ওইরবদি পিবাগী থৌ অসি শক শোল্লিবা পুং ঈশৈগা মরি করিমত্তা লেনদে নত্রগা থোগল তৌরিবশিংগী পুরেন পুকোক নত্তে হায়বিগদে রিত্রা ? পুরেন নত্রগা থোগল মকোক অমা ওইবা তারনদি ইকাই খুম্নগা লোইননা শেনথুম অমম্তং ফিরোই ফিডাম ঈশৈ শকপা পুং য়েবদগী য়ম্না হেম্না পিবা অমদা পিক্নম থোকই বৎক্নমম্তু থোকই। ঐখোই মীতৈগী পিরাদি শংলেন মপু শাহুনা অরেম্বা পংক্নম কম্বম্তু নৎত্তে, শকলি শোল্লিবা থোগল্লুপকী মকোকনি, পিবানা থুং থাদ্রিডৈদা পুং য়েবা ঈশৈ শকপা হৌবা য়াবা নৎত্তে, অবা অনা খাংহুনা থৌবু অহুগী য়াইফনবা থৌ পাংথোকনবগী থৌদাং লৌজরিবনি মতিক চানা হুংশিনা, পুক্নি থোগৎপা অমম্তং ইকাই খুম্নবীবগা লোইননা কৎপিক্নম পীরিক্নম থোকই।

অশি অচং অচিমক্কা থৌবুনীদসক অহিং লুংথিল থাক্লনা তিনশোন লাইশোন তৌদুনা তঙাইফদনা পৌ তৌরিবা পিবাদা শেলসু থাংদে মতিক চানসু কংনিংদে করি মরুংগীনো ? থৌরম লোইশিল্লকপদা য়ম্না তেইনা মঙ্গুক্লিং লুংঙাইহন্দনা অবাংকমগা তোইন্না থংনা চৈনবা য়াঙই । মসি মীতৈ যুরুপকী য়াইফগাদবা থৌওং নত্তে । থৌওং অসি মীতৈ ইশাগী থৌরংবু মতিক ময়াই হাপনিংদবা, ইশাগী লাইনিং পথাপ্তা, ইকাই খুম্ননিংদবা অমসুং মীতৈ ইশাগী থৌরম থৌদাং পাইরিবা মীওইশিংবু মতিক ময়াই চমহন্নবা য়াওহন্দনবা তাংখি শোইনাইহনবগী থৌওংনি । থৌওং অসি তশেংনা মীতৈ ঈনাৎ লাইনিং শোন্থনবা, মাংহনবা মুথংনবা অচৌবা অশেংবা থুজিন থৌরাং পৌশিন্নি । মীতোপকী লাইগী হিস্ত্রী লাই.থো তৌগা অমদদি মীতৈ ঈনাৎ চৎপা ইপা ইতোনশিংনা ফনা চহি নৌরিবা অচাং মচা অমদসু মতিক চানা ইকাইখুম্নবা উংলি । ফম্নেদা কৌশিন্দুনা হেক্তা ফমহল্লি অমসুং খুকম খা চংবদসু ইকাইদে করিসু নাচুংদে চিংনদে । মীতৈ ঐখোইগী পিবাগী থৌ পুজবশিংদদি চহি থিগত্তুনা অঙাং অহল থিত্তুনা মদৌ ওইনমখৈ থৌ পুজবিবা মীওইতুগী মপুক্লিং হন্থনবা, নিংহন্নবা থোক্লনা কিথি কিরুম্নগা লোইননা মীতৈ ঐখোইগী মরক্তা চয়েংনবা, পেন্নদবা, উশিংনদবা পেংকুবা ইশক ইচু থোকতনা কন্না হেংনবিরি । অসিগুম্বা থৌওং অসিনা মীতৈ ঈনাংকী মাংদা চংশিল্লিবা চাওংখংহন্নবা হোৎনবদা, থৌরম কাংলোন্দা অকাইবা পিবা নত্তনা করি অতোংবা ফংগনি ? থৌওং অসি অথৌবা মতমদা থাদে ক্রুদ্রবদি মীতৈ ঈনাংকী মাংদা চংশিল্লিবা খোংথাংদা থুরৌ থাংনবা হোৎনবা, অপনবা পিবাগী মীতৈ ঈনাৎ চৎপা ফাংবুগী মীয়ক্তা চনৈনবা থোকহনবগী চৈবী চৈথেং লাজবা শোইদনা ফংফম থোকই ।

'৭'

# পিবাগী থৌ পুন্নিবা মীওই অমনা ওাকনা চৎকদবা মীয়ামদগী তোঙানবা মশক নাইবা চৎনরোন থরা

১। লাইগী তিন্থৌ লাইথৌ তিনলোন লাইশোন অমসুং মিংথৈরোল শোনবা থুদিংমক্তা মৈরি মচুগী ফি ( লাইনিংফি ) শেৎকনি অমসুং ইনগনি। তঙাইফদবা ইমফি লেংয়ান ফাওবদি লাইনিংফি ( মৈরি মচু শংবা ফি ) শিজিন্নগদবনি।

পিবাশিংগীদি তিন্থৌ লাইথৌ থৌগন চংবদা অমাৎপা অতাইবা ফুরিৎ খোংগ্রাও তুপী তুরং অমত্তা শিজিন্নবা য়াদে। লাইগী তিন্থৌ লাইথৌ লাইথৌ তৌবদদি ফি মপুম অক্রগা ফিশা শিংদমক শেৎকদবনি ইনগদবনি। ইংববদি ফি অথাবা অশেংবা ফিরোল নাইবা কাইদে।

২। লাইনিং ফি ( মৈরি মচুগী ফি ) শেৎপা অমসুং ইনবগী কান্নবা, তঙাইফদবা, মতিক ময়াই অমসুং লাইগী থৌ তৌবদা শিজিন্নবগী মরম মুন্না থংগদবনি।

৩। থৌরম থুদিংমক্তা পাকলৈ লৈশা নমগদবনি, চনলিক চনিং শিগনি অমসুং ইশাদা লাংহিং লংশেং মচা তরুৎ য়াওগনি। ( খ্বাংদা পুনগেরা ওক্তা শিগেরা অপাম্বা য়াই )

৪। মপান চনবা খ্বাংচেৎ ফৈজোম লেংয়ান ইনলোইদবনি শেৎলোইদবনি। লোক-তিন তোইনা শিংলোইদবনি।

৫। বাচোম্ন, বারেম বাকোই ভাংলোইদবনি, কনাদুন্থ হ কংথেংননা মিংচান্নবা য়েংলোইদবনি।

৬। লরাই শমদান তোইনা পাইরোইদবনি, কূরোল থোক্লা হকংচবা হোৎলোইদবনি। থোরমদা থেবুনা চাহেন তোরবদি পিগনু (শগৈ পিবাগী মহুৎ মরেং শিনবা ওইদনা) শরুক য়াবিগদবনি।

৭। থোরমদা ফমফমদগী তোইনা হৌগৎলোইদবনি, অপান্বা পোৎলম পুম্নমক অরাং ফমদগী তানগদবনি।

৮। থোরমগী ফমফমদা ফমলিঙৈ, লাইনিংথোগী থোগন তৌরিঙৈ কনাগনু বারি শারোইদবনি। মরু ওইনা লাম্না থোরমদদি হিরি সোন্দুনা লৈখিত্রবা লৈখিত্রবীগী য়াইবী থদোইবু লাইরমলেন্দা থিনগৎপিগদবনি।

৯। থোরমদা ইরাৎফু ফুকত্রিঙৈ থোরম থাদোক্লনা চংলোইদবনি, থাদোকপা তারবদি থেবুদা অতাইরোন তাইবা লোইশিনবা তাকপিরমগদবনি।

১০। থোরমগী লাইফমদা তাবা শেনফম থোবুনা কথোকচরফাওবদগু শেন্নিং হনবীরমগদবনি। মসি মীতৈ ঈনাৎনি কাওফরোই।

১১। লাইগী থোরম অমত্তা মমল ঙাংনদুনা শোল্লোইদবনি, মসি মীতৈ ঈনাৎতা নামুই। য়ুম্বনা মশানা খংনা মতিক চাবা অরামন পীহনগনি।

১২। অরামন ব্রাৎনা মতিক চাদনা পিবা অমসুং চৎনকপগী নুংঙাইতবা খুদক্তা ইশানা হায়রোইদবনি, খুদক্তা ইশানসু শেনশিংসু থিরোইদবনি। পিবানা খুদক্তা নুংঙাইতবা শেংদোক্লনা য়ুম্বদুগা খৎন চৈমবা ফত্তে মীতৈ ঈনাৎতা নামুবা থবকনি, (মসি য়ুম্ব য়ুম্বনসু খংবিগদবনি, কৎচমন তৌজমন ম্যংই) পিবাগী থো পুবা পুম্নক্কা ঙাকপিহেবা অমসুং থোজান

হৈবা হায়বা ময়াই অনিসিদি মতম পুম্নমক্তা মীতৈ ঈনাং-কীদমক য়েংহুনা লোইনবা তাই। হায়নিংবা পেন্দবা পুম্নমক নৈনফমদা মীফমদা পুখোক্তুনা থম্নগদবনি।

১৩। থৌরম মপুংফানা লোইহ্রিমথৈ লাইনিংথৌ ইবুংঙো শম্বোং খুমাই লেপ্পগী কম্বাল শোকফরোই অমসুং লেংফোই, পিবানসু থাদোক্তুনা চংফরোই।

১৪। লাম-থৌরম, কুমওন ফিরোই অমসুং মরান লুহোংবা থৌরমশিংদা পিবানা লাইনিংথৌগী মৈরা মেক্রুক শেম্নহুনা মুংহল্লোইদবনি অমসুং লাইনিংথৌ ইবুংঙোদা থৌরম লোইহ্রিং-ফাওবা লেংদনা লৈবিনবা হিরি কোন্দুনা থৌনিগদবনি। য়ুম্বুনা অমসুং অরাংফম্না খংলমম্রবসু, থৌরাং তৌরমদ্রবসু খুদক্তা থৌরাং লাংহনগনি।

১৫। শেংন-চানবা লম্নাইগী ওইবা ফিজোনগা তিম্বৌ লাইথৌ থৌরমগী ফিজোনগা য়ানশিন্নরোইদবনি।

১৬। থৌরমগী ফিরোনগা লম্নাই শেং চানবা ফিরোনগা ফিয়ানগোক নত্রগা উপু পুল্লোইদবনি।

১৭! য়ুম মাংলবা পিবাদি লাইথৌ তিম্বৌ সুংতৌ তৌবা য়াদে, নামুংই। উরোই খংলোই হায়দনা তৌশিনবা পুন্সি লুংশাংলোই লংজবা ফংগনি।

১৮। লাইনিংবগী ফি ( মৈরি মচু ) না চিনফু মাইতাফি-দা ওইনা শিজিন্নবিরোইদবনি। চাক ঈশিং চাবা, তুম্বা হিপ্পদা অমসুং লম্নাই ওইবা থৌরম লাইনিংফি শিজিন্নফরোই লাইথৌ লোইরবদি অচম্বা ফিজোন হোংদোকনি।

১৯। থৌরমদা তঙাইফদনা কমকমদগী হৌগৎলুরবদি হজিল্লক্তুনা অমুক কৎলমদাইদা নহাই নশেংবা কাওরোইদবনি। পিবাগী

লাইথোদি কাওফদবা লাইথোনি, অকাও পন্নেনবগী দমক্তি চৈবী চৈথেং ফংবা নত্তনা ক নিংঙাই লৈতে।

২০। লৈমারোন অমম্মং চন্দ্ররাশিংবু ইমা ইবেন, ইচন ইচা ওইনা মতম পুম্বদা থনগনি অমম্মং অচম্বা খিয়েংদা য়েংগানি অমম্মং লোইনগনি। মখোইগা কৈদোউভেদম্ম অকোম্বা কোইনদ'া রাহে রাতা শিজিন্নহুনা করেম কথাইনবা কৈদোউভেদম্ম তৌরোইদবনি।

২১। ইশাগী ওইজবা থরগীদমক কৈদৌউভেদম্ম পিবাশিংগী অপুনবা লুপনা য়ানথ্রবা লেপনথ্রবা পথাপ রারেপ অমম্মং চৎনরোন থুগাইনবা কৈদোউভেম্ম হোৎনরোইদবনি।

২২। থৌরমদা উচাল মৈরা অচৌবা কৎতুনা পোংলি পোংলোই থাথ্রবদি মপুগী মিংথৈ পুয়া ফাক্তনা পাফরোই — তৌহৈদে, মৈরা অচৌবা কংথ্রবদি পুন্নারী ওইনা নিংখা তম্মালিগনি। মীয়াম্মা পেন্নবা মুংঙাইনবা ফক্তেন অচৌবদা ফমহুনা খোংখুৎ লেংহুনা খুংশা হায়হুনা লাও খোংহুনা ইশাগী হৈংশিংবা উৎতুনা থৌগন তৌবা ফাইদে।

---

# পিবাগী থৌ পুজরিবা মীওই অমদা ঈনাৎ চৎপা কাংবুনা খনবিগদবা অমসুং য়েংবিগবা মিৎয়েংশিং

১। পিবা অমনা তৌরিবা পাংথোকলিবা থৌরম পুম্নমক চিংউ লাইগা হাকথেংনবা মীওই অমনা তৌবনি হায়বগী থাজবা অমসুং ইকাই খুম্নবা থম্মীগদবনি।

২। পিবা অমনা পাংথোকলিবা থৌরম পুম্নমক মীতৈ লাইচৌ তরেং অমসুং নাওরিয়া লাইনিংহলগী মচা মনাই তুংইন্নোই অমনা পাংথোকপা থৌরমনি, মাইচৌ অমসুং লাইনিংহল অমনা তৌবনি হায়বগী থাজবা থম্মীগদবনি।

৩। পুয়া লাইরিক পারিডৈ, পুরারি লিরিডৈদা লাইথৌ তিন্থৌ তৌরিডৈ অমসুং লাইগী থৌগন তৌরিডৈদদি মঙাং/লুরাং শিদবনি খন্না পিবাবু ইকাই খুম্নবীগনি।

৪। লাম্ন-থৌরম, কুমওন ফিরোই, মরাল লুহোংবা অমসুং অচৌবা থৌরম খুদিংমক্তা লাইনিংথৌ ইবুংঙো শন্থোং অপানবগী থৌগল্লোই ওইনা লৈরিডৈদদি লাইনিংহল অমসুং মাইচৌ অমা ওইনা ইকাই খুম্নবীগদবনি।

৫। পিবাগী তিন্থৌ লাইথৌ তৌরিবা পুম্নমকপু থৌরম মফমদা পিবা অমা ওইনা থৌ তৌরিংশিংদি নহা অহল মরিমতা মরুপ মপাং ইচিন ইনাও ওইবগী রাখল থাদোকপিনা লাইনিংলুপ অসিগী মথৌ মঙম্ন চাওবা ( Authcrity ) মীওই অমা ওইনা খনবীহনা ইকাই খুম্নবীগনি।

"সনামহি মনাই মীতৈ পিবা"

৬। মীতৈ লাইনিং চৎলিবা পুম্নমকনা থৌ পুবা পিবাবু থৌরম মকমদা চংলকপদা "য়াইফরে" হায়বা রাহৈ য়াই-ফরোন অসিগা লোইননা নোনবীবা য়াম্ব্রবদা থুং ফংঙদবদি থাংগৎতুনা ইকাই খুম্নবীগদবনি। পিবাশিংনস্তু "য়াইফবব" হায়বা রাহৈশি হায়দুনা ওকনবগী চৎনবী তঙাইফদনা ঙাকদবনি।

৭। থৌরম খুদিংমক্তা পিবাগী ফমফমদা (চাহি য়াম্লবা অহল ওইরবস্তু) কনাগুম্বা ফমদনা মলুং চক। শিন্দুনা ফম্বা অমম্লুং ফমহনবা য়াদে, ফমমিন্নহনবস্তু তৌরোই পিবাগী ফিদা তোংঙানগনি।

৮। থৌরম খুদিংমক্তা পিবাগী ফমফমদি লাইনিংথৌ শস্তোং অপানবগী ওইদা থাবিগদবনি।

৯। পিবাগী ফমফমদা মথাগী পোৎলমশিং অসি রাৎতনা থম্বীগনি, রাৎহনবা য়াদে। পোৎলমশিং অদুদি :—

(ক তাইরেন পুফাই (খ) ঈশিং য়াঅরবা নহাইফু অমা (চফুনা কৈ লৈত্রবদি খুজাই অমা) (গ) মৈরা মেক্রুক (ঘ) থাওমৈ (মৈরা চুনবা) নচিংবা।



# পিবাগী ফমথোদগী পোৎথগদবা, পিবাগী থৌ তৌরোইদবা ফিভমশিং

১। ইশাদা লাইথুং পক্লবা মীনা তুকচনরবা শন্দোকনবা লাইনা অমনা নারিবা অমসুং অনানহু ফত্রিবা।

২। নাম্মা শেৎলবা পাকথ্রশিংদা চল্লবা, লৈশাবী চম্বরা অমগা অমুক মরান লুহোংত্রিবা অমসুং ফিভম্মা য়াদহুনা তুমন লৈমন চিল্লবা।

৩। হকচাংগী ফিভম কাইরবা অমসুং সুদ্রবা।

৪। নাবনা মরম ওইদুনা লোন শুনা থোকত্রবা নত্রগা শুংবা উমদ্রবা।

৫। চহি য়ামনদুনা মীগী মতেং য়াওদ্রবদি চৎপা লেংবা উমজ্রবা।

৬। কনাগুম্বী চম্বুরা অমত্তগা য়ুমজিন কাফে থাদুনা মরান লুহোংদ্রিবা নত্রগা য়ুম্বানবগী ব্র খল লৈত্রবা নত্রগা য়ুম্বানবগা মরি লৈনবা হকচাংগী কয়াত্তা অকাইবা লৈরবা নত্রগা লাইনা চেল্লবা।

৭। কনাগুম্বা হাম্না পিবাগী থৌ পুবা নত্রগা অহল-লমন য়াইতোংবশিংদগী পিবাগী থৌ তৌনবা পীবা য়াথং নত্রগা অয়াবা লৈত্রিবা।

৮। লাইরিক লাইশু পুয়া পাবা ইবা (মীতৈ ঈয়েক ইংলিস নত্রগা ময়াম্না শিজিন্নবা ময়েক) পাবা উমদ্রবা।

# মীতৈ ঈনাং কন্নবগীদমক মীতৈগী থোৱমদা তিঙ্গো লাইথো তোবা পিবাশিংনা তঙাইফদবা অথিংবা পিগদবা ৱাফম চংনরোন খরা

১। ইশাইফুগী ঈশিং শোকপা অমসুং পুখৎপদা মথাগী মীওইশিংসিনা পুখৎপা অমসুং শোকপা য়াদে।

(ক) লুখ্রা শিংদা চল্লবী (খ) য়ুমথাং অনিশুনা য়ুম পান্নুৱবী (গ) ফম্বাল তোংলঙবী/লুহাংদনা য়ুম্বালবী (ঘ) হল্লু লৈমন চল্লা ফাওবদা চদনাওতপ্রবী চাবোক নাওপোক্তবী (ঙ) হকচাংগী খিভম চুমদবী অমসুং খিভম কাইরবী (চ) লাইরুং তিনথুং পক্লবী (ছ) মরান লুহোংদুনা য়ুমপান কৈপামবসু মচা অহানবসু হুপী ওইনা পোকলবী নত্রগা শিংবী।

২। ইশাইফু লুখৎপদা শেং চাংদবা :— ইশাইফু পুখৎপদা লাইরেনী ইমাগী ফিজোন শেংকনি। লুখ্রা ফনেক শেংতুনা ইশাইফু পুখৎপা য়াদে। লুখ্রা ফনেক শেংতুনা ইশাইফু পুখৎপদি লুখ্রাবীনা ইশাইফু পুখৎপগা চপ মান্নে। লুখ্রা ফনেক শেংতুনা ইশাইফু পুখৎপা নামুংই মীতৈ ঈনাং নংতে, মীতৈ মাংনবা মুংনবা, থংদবা নমহৎতুনা পংতৌ তৌশিনবনি, পিবা অমসুং ঈনাং চংপা পুম্বনা কম্না অথিংবা পিগদবনি।

৩। লৈশাবীনা ইশাইফু পুখৎপগী মওং খরা :—
মথোক কারকপা লৈশাবীনা ইশাইফু পুখৎপদা মীতৈ ঈনাংতা অলিংবা লৈতে অহুবু মথাগী মচাকশিং অসি লৈশাবী অতুনা

চনবা তাই :—

- লৈশাবী অহ্ন তিমচেন লাইচেন্দবা ওইবা তাই।
- লৈশাবী অহ্ন অহিং লেম্না কনাগুম্বা অমগা লৈমিন্নরবী চিংলুরবী ওইদবা তাই।
- লৈশাবী অহ্ন নমো শোইরবী অমসুং ফিভম কাইরবী ওইদবা তাই।
- লৈশাবী অহ্ন ঈনাৎকী লাইনিং লৌরবী ওইবা তাই।

৪। ঈরাৎফু অমসুং লাইগী ফম্বাল শোকপা য়াদবা পিবা-শিং (মক্নশিংদা পল্লিবশি মুপা পুম্নমক খংনগনি) য়াম্না লুনা খংবিগদবা অমনা মীতৈ ঈনাৎ সনামহি পাখংবা লাইমিংদদি য়ুম্বাল কৈবাল তৌদ্রিবা তালোই তুইন তমদ্রিবশিংনা যনা হৈশিংবা মীওই ওইদুনা লাইগী তিম্মৌ লাইথো তৌবা য়াদে। লাইগী তিম্মৌ লাইথো তৌহনবদি লাইরদুনা শিরবা মতমদা শাগৈদুদা মীতৈ খুম্নাইদা মাগুম্বা অমুক পোকশন্নবা চুক শা-গদৌরিবনি, অতোপ্পা ফুরুপকী লাইনিংগা মীতৈ লাইনিংগা মতাং অসিগা থিনা চাওনা থেম্নবা লৈরিবশি মীতৈ ফুরুপনা মুন্না খংমিন্নরশি।

- ফম্বাল তোংহনা লুহোংদবা পিবা।
- পকপ্পা শিংদা চল্লগা অমুক হন্না লৈশাবী অমগা মরান লুহোংদ্রিবা।
- লাইথুং তিম্মুং পল্লবা।
- অপোকপা নক্কগা অথং অহৈ মাইচৌ অমদগী লাইমিং লৌদ্রিবা।
- হৃষচাংগী ফিভম কাইরবা/গুপ্পবা।
- মরোল থোকত্রবা/মনা পংলবা।
- চহি য়ামনমুনা শোন্নবা অমসুং লেংবা চৎপা ওমজবা।

— মীহাৎ মীপুন তৌহনা কৈশুমশংদা ৈকরশা নত্রগা হাক
মী নংঙাই লৈতবা মরানগীদমক খুম্নাইনা ইম্নেকলবা ।
— য়েকা য়েক লৌন লৈনদুনা পল্লেম পন্থৌনা পথাপ কাইনা
পোকপা ।
— চৎনারন শিংনতুনা য়েক লৌহুনা য়ুম পানবা ।
— পল্লেম ইমানা চেল্লক্লনা য়ুম্মাক শাগৈ অমদা নম হাহুনা
য়েক শাগৈ ওল্লবা ।

৫। মীতৈ স্বরূপ মাং ত কহম্নবা (শেম্নম অমম্নুং সতেম) থৌশিল ওইগা থৌরম অমাবু অয়ুক্কী অমা, মুংখিলগী অমা, অনি থোকনা খাইদোক্লনা থৌরম অনিগী চাদিং লাম্না পৌরম তৌহল্লিবশি থিংনবা হোৎনবা মতাং অসিদা নৈনভনিংবদি মীতৈ ঈনাৎকী থৌরম কাংলোন মনুংদা পিবানা পাংথোকপা থৌরমগা ঈশৈ খোনফাংলুপকী থৌরমগা থৌরমগা খাইদোকনবা অনি থোকনা পাংথোকপা য়াবা পথাপ অমা শেম্নবা মীতৈ স্বরূপ মনুংদা মশক মচু শেংহন্দনবা বন্না হোৎনবা কাংলুপ অমা লৈ। মখোইনা শিল্লিবা তৌরিবা পুম্নমক অচুম্বা নত্তে, মীগী মতৌ তমহুনা মীতৈ ঈনাৎ মাংনবা শিনবনি। অতোপ্পা লাইনিং চৎপা কাংলুপকী মতৌ তমহুনা লুখ্রবা লাম্নথৌরমবু মচোই মক ই নাইননবা ময়াই থিগাংদা থুদেকহুনা য়াইফনবা পাংথোকপা থৌরমবু লাজবা ফংনবা পাংথোকপা ওইহল্ল। শোইবা য়াদবা মরু ওইগ্রবা লাম্ন থৌরম অমসুং কুমওন ফিরোই নত্রগা অতোপ্পা নোংগা কখী তানহবশিংগী থৌরম খুদিংমক্তা তিংথৌ লাইথৌ তৌরিবা পিবা য়াওদনা ঈশৈ পুংতনা থৌরম পাংবা য়াদে, পিবাগী থৌ অমসুং ঈশৈ শকপা পুং য়্যৈবগী থৌ অসিশিদগী হেম্না তঙাইফদবদি পিবাগী থৌ অসিনি। পিবানা চিংউ লাই পুম্নমক কৌশিল্লগা ফম্নানদা,

ইরাংখুদা নত্রগা খুনমদা ফমদেংহনগদৌরিবনি। ঈশৈ অমাং পুংদি চুম্নগী তাবা হুংডাইনবা শৈথাবগী র তনি। শয়া হায়রবদা শিবানা তৌখিবত্থু অমুক হনবগী য়াতনি। মীতে ঈনাৎ চংঙিথশিংনা নত্রগা থোগলগী থৌ পুরিবশিংনা খংমিন্নবা মথৌ চাই মতুদি লাম থৌরম, লৈংজ্রনবা, কুমজেন ফিরোই, মথৌ য়াংদেনবা, মথৌ থময়াংবা, করি হুংগী পাংবনো হায়বসি ঈশৈদা শেন থাবা তাম্নবত্থুনা বদাই ফাওবা কংদেগী মহৈ ফংগদৌরিবা নত্রগা চুম্না শি হুমত্থুনা কংচবগী মহৈনা বদাই ফাওবা ফংবা হায়বা ঐথোই কুপনা নৈনসি নংত্রাদি ঈনাৎ কম্নবা হোংনবা থৌরম পুম্বা ইয়াং কৈথেল কাবা ওইনা তৌরগদি তুংগী মীয়াম্না ঐথোয়বু তাকশি শোইনাইবদি শোইদ্রবনি।

১বদাঃ— পোকপা হিংবা শিবা হায়বশি করিনো? অমুক্তং থংমিন্নসি নৈনসি। মৈ, ঈশিং, নুংশিং, লৈবাক, অতিয়া ময়াই ৫ শিনা তাইবং হকচাং অসি শারিবনি। হকচাং হায়বসি ময়াই মচি ৫ অসি হেন্দোক হেংজুন য়াদবা চাং অমদা লৈহল্লগা য়াইবিরেন শিদবা মহাকী মহুম পোন্দেন অমা শাববু হকচাং কৌই। হকশিং অসিগী চাং অমা হেক কাইবদা হকচাং অত্থু অহিংবা ওইবদা অরাবা ওইরিবনি। হকচাং মতোমতা অহিংবা ওইবত্থু অমুক য়াদ্রি। য়াইবিরেন শিদবা মহাকনা অমম্থুং চিংউ লাইয়াম্না ময়ুমনি খন্না লৈরবা মতমত্থুদা অহিংবা তাইবং হকচাং হায়বত্থু ওইরিবনি। মীতে ঈনাৎকী থাজবদা তাইবং হকচাং অসি চিংউ ইবুংঙো য়াইবিরেন শিদবা লাইনিংথৌ সনামহি মহাক কইদাং ওইরবা মতমত্থুদা অহিংবা হায়বত্থু ওই। তমনবা হকচাংবু হুল্লানসমলগা লাইনিংথৌ সনামহিনা শাইয়েনবা য়াইনি থরাইনা খনত্থুং অশি লৈপাক্তা খোংশানখিববু শিবা কৌই। মরম অসি

লৈশনা শিববু অরিবা লোন্দা “ অমম থরৈ কুবা থমমুং খা ঙনবা ” হায়নমু খংনৈ।

পুরারি লিখুন :— চহী অমোং নীং থরোবা থমোইবু লাই-নিংথৌনা শাৎলদা চিংউ লাইয়াম পুম্বা মাগী মাগী লৈফমদা চহুনা তাইবং হকচাংগী ময়াই হথৌ হাপলা কাওবদা তাইবং হকচাংদো মপুং ফাবা অমা ওইনা লেংউ চৎনু হায়বা ময়াদ্রবদা চিংউ ইরুংদো য়াইবি রন শিদবা লাইনিংথৌ সনামহি মহাক্না লেংশিনখ্রবা মতমদা তাইবং হকচাংদা অহিংবা অচৎপা হায়-বদো ওইখি। তাইবং হকচাংদা চংদ্রিহৈদা লাইনিংথৌনা পাল্লম পাম্থৌ শলাইরেন শিদবা অমদ লৈমারেন শিদবী অনিগা য়ান্দুনা শারি বাশবনখি, অমনা থমমুং নিংথৌ থোংঙাক্লন ওইবা, অনিনা থমমুং লাইরধী কৈকোই হৌওইবী ওইবীহুনা তাইবংনা শিরবা মতমদা খাংলোনফমদগী থেমহুনা য়ুনশংবা থরাই ওইরিবা। লাইনিংথৌবু থমমুং লেপাক্লা থেমহুনা পুবিমু, চাহ কুনাওন শুদ্রালওবা তাইবং অহুগা লংজবা। নাবকী থেকচাক পুম্নমগী অরাবা চৈবী চৈথেং পুম্নমক মহুংশিন্না পুজগে হায়াথ পাল্লম পাম্থৌনমু হোইয়াবীখি। তাইবানা শিরবা মতমদা সনামহি লাইনিংথৌনা মুংশিজবা পাম্জবা, মীতাজবা শামু হকচাংবু মথৌ য়াংগেনবীবা পোৎশি পোৎলোইবিবা, ৫নি শুবদা মোংফমদা পোইহুনা ঙাওহুনা লৈরিবা। লাইনিংথৌবু থেমহুনা পুথংলক্লগা তাইবং অহুগী মরি মত, মপারি মমোম, মপা মঙোন, শাগৈ ঙাই পুম্নমক্না মাগীদমক ময়াই ৫ গী লৈরাং লৈহুন ভম্বা ১০ নি চনবা ফাওবা পুয়া লাইরিক তাহনবা য়ুমশেং কৈ-শেংলগা শংলেন অচৌবা থন্দুনা, শম্থোংদা লাইনিংথৌ না থোরম মপু ওইহুনা ঙাকবা, ময়াই বংলা শোম্নপুংদনা মপন ইমুংও শলাইরেন শিদবা অমদি লাইয়াম পুম্নমক্না লৈহুং নোং-

থোং মুংনাও ঈশৈ শক্তনা লৈশেম নোংশেম্বগী ঈশৈ শক্তনা অস্মুং ইরাংফু লাংতুনা চিংউ লাইয়াম হোৌরকউ তেংপানবা শেম্বগী কুমহৈবু লৈখ্রিদ্রবা লৈখ্রিদ্রবীগী থবাই য়াইবিরেন শিদ-হগী ১ক্ষমদা মোইথেম তৌবা পেনহুম্নবগী থোৌরম অদুবু মীতৈনা লাম্ন-থোৌরম হায়রিবসিনি. বাক্ষম অসিগা মরি লৈনবা থারম ওইবা মীতৈগী মথৌ য়াংগেনবা মথৌ থময়াংবা, লাম্ন-থোৌরমদা মীগী মীতৌ তমনিংঙাই শম্না মফৈ অমগী মথৌ তাদে। মীতৈ পুরারিগী মতুং ইন্না মথৌ য়াংগেনবিদ্রবা য়াইবিহুদি হিয়াং অথোৌবা, তম্নলাই ওন্দুনা মাগী মরি মংং, মপা মতোন মপারী মমোমদা অখি অথং চৈবী চৈথং পী হায়রি। তঙাইফদনা পাংথোক্তবা তৌদবা য়াদবা থোৌরমনি।

তাইবং এ্রথোহগী য়াইবী থবাই হায়রিবসি লাইনিংথৌ ইবুংঙো সনামহিগী মমি নত্রগা ময়াই ওপিথক অমনি। মপু মহাক্তি অচম্বা নত্তবনিনা হায়নখিবা শক্তখবা শরি রাশক ঙক্ষপদা মচা মনাইগীদমক অবাবা শরুক য়াবীদুনা মপোক ৭ লাংওন ৭ তাইবং কুমহৈ য়াওবিরিবনি। 'অদুগুম্বা থোজান হৈবা মপু অহুনা অমুকন্থ পোকপা হিংবা. শিনগী থোৌরম খুদিংদা শম্থোং মকাইদা ঙানবিহুনা তাইবং কুমহৈ অমুকন্থ য়েংবিরিবনি। থোৌরম কাংলোন পুম্নমকসিদা তাইবং মপু মাবু মোইথম তৌদোৌরিবা তাইনগদোৌরিবসি কনানো ? ঈশৈ শকপা পুং ৈয়বনরা নংত্রগা পিবাগী থৌ পুজরিবা লাইনিংথৌগী মনাইনরা ? তিল্লাং য়োংথবীহুনা চনিং তানা অমুক্তা থম্থবীয়ু। থারমদা ইরাংফু নংত্রগা ফম্বাল ঈরাংতুনা চিংউ লাইয়ামগী লাংপুম শাগংনা, লাইনিংথৌ সনামহিবু শম্থোংদা ঙানবীহুনা থোৌরম মপু ওইবিনবা হায়জবা, হিরি কেন্দুনা থোৌরম অহু অকাই অতোই থোক্তনবগীদমক লাইনিংথৌগী থোগন তৌবা, জোইননা

লাইগী থৌরম থৌদা অশোঙ্ক অঙাম য়েংশিনগদৌরিবা পিবা অমগী মথৌ শক্তি ( Authority ) অসিবু তয়াং তশোইনা ইরাংফু লাংপা, ফম্বাল ইরাংপা লোইরবদি অয়ুক্কী থৌরম লোইরবদি পিবাগী মথৌ লৈত্রে কাইনা হায়বদুনা পিবগী ফিদা থাবিদবা, পিবাগী তেংপাংনবা লৈবা অরু ফম ফম্বশিংনা কোই-তান তানগী উশিং থোক্টদবা থৌওং অসিবু মীতৈ ঈনাং চংপা পুম্বনা চুম্মী হায়না থনবিরিব্রা ? মসি য়াম্না লানবা মীতৈ লাইনি ময়াই চংহন্নবা কনা হোংনবা থৌশিন থৌওং-নি, থৌরম অমা হৌবা অমসুং লোইশিনবা হায়বসি পিবাগী মথৌনি। থৌরম লোইদ্রিবদা পিবা তান্থোকনবা হোংনবা অরোনবা মীতৈ ঈনাং নাংহন্নবা থৌরাংনি, লৌ য়াম্না লৈবা থৌ-শিন অমনি। মীতৈ ইশানা ইশাবু হন্তনা য়েংনবা, মথোং মরম পংদনা পংতৌ শৌশিনবা, থৌওই উশিংনদবগী থৌওংনি, য়াম্না চুমদবনি। কৎচরিবদু মহৈ ফংবদি লাইরদনা তেকশিন হঙ্গিন-গদনা চুমদবা হৌনদবা থৌওংসি থাদোকসি।

লান্ন-থৌরমবু অয়ুক্কী অনা হুংখিলগী অমা অনি শোনগদ-বগী মরমনা করিনো ? পিবানা মহুম লাংপুম শাগৎতুনা মৈ ঈশিং, হুংশিং, লৈপাক অতিয়া, মাইকৈ ঙাকপা হুংদাই ঙাকপা লাইয়াম কৌহুন, ইরাংফু ফম্বাল লাংলে, অশিবগী ফম্বান শিংকুম ফম্বাল শেমলগা কৎফম থোকপা পুম্নমক কংলে, লাইনিংথৌ সনামহিগী ফম্বাল নিংদুনা হৈকং লৈকং তমদুনা থৌরম পাংথোকখ্রে, উচান মৈরা চাগনা কৎতুনা থৌরমদু পুংলোই লোইরে। করি তৌনিংঙাই লৈরি, কারম্থ তৌনিং-ঙাই লৈত্রে। থৌরম লোইরবনিনা লৈখিদ্রবা লৈখিদ্রবীগী শিংকুম ফম্বাল ( শিবা ফম্নবা হিপনবা ) মাগী থমলিবা ফিরোই ফিঙাম হৈ লৈ পুম্নমক লোইশিল্লে, অরাংফম্না ফংফম কম্থোকদুনা

হৌগংলে। পিবানস্থ মাগীদমক কংলিবা তমলিবা পুম্নমক্তু থুগাইহনবা য়েনবা, পিথে কপা ইমুংদা পুশনবনচিংবা তৌরক্নিনা ময়াই কম্বাল ফুক্রোক্লবা হোৎনবদা অরাংফম ফম্বা হৈ শিংবা কাংবুনা সুংখিনগী থৌরম বংলি ঐথাইনা শুম তৌজরগে, থবক লৈত্রগনিনা লেংবিরো সিলি হ য়নরিবা, পিবাতগা থৌরমহৃগা মরি অমত্তা লৈনদবদোনা।

অঙকপা মওং মতৌনি, হৈখিত্রবী লৈথিরবগী শিংকুম কম্বাল থুগাইরে পোৎ য়েন্থোকখ্রে হোইশংখ্রে, বনাগীদমক করিগীদমক থৌরমত্তু হমুক শাংথখিদ্রদোরি ? পুং অমম্বং কোরতান জগোই শাবা য়ানব। হৈ লৈ শোমপুংদা থারিবা পুম্নমক্তু শোকপা য়াই য়াদে থংদনা অশিবা মীতগী ফমফম অরাক্ফম্না হন্থোক ইনশিন তৌরে, মখোইদি হৈরংফু ফাওব গোথোকখিবনি য় দগী থম্বনি। অশিবা মীতুগী ফংফম অমুক কোরংগী যুশী মখাংদা লাকোই মচা অমা অমুক পিক্কা থাবে। মসিদা অহবনা হংজনিংবদি, ফমফম থুগাইনীত্রবা থরাইদুনা লাতাই মচাত্তুদা ফমহনা য়াম্না রানা পুং ঈশৈ ভাইরমংদ্রা, নত্রগা ফমফম থুগাইবীবগী বারৌহনা শাওরমরোইদ্রা ? ফংফমবু মরাং কাইরিবৈ সিদা ফম্মু হায়বা চিল্লগদনা ফমলম্ব লেম্মু হৌগংলু হেক্লা হায়বা অসিবু হৌনব্রা ? থৌওং অসি য়াম্না লংজবা থৌওংনি, পংতৌ তৌবা হায়রদুনি।

অসিবু লাইনিং লমী অমশুং থাজবদা কারন থুংদবা মতৌনি। অহক্কী থৌরমদা কংপা য়াবা হৈকং লৈকৎ, ফিরোই ফিডাম পুম্নমক কংপা লোইখ্রে, পিঞ্জবা য়াবা অথুম তহাও মথেন লুকোই কংখ্রে। মৈরা অচৌবা কংতুনা পোৎশি পোলোইত্রবনিনা হৈমন লৈম্মল, অচা অদ্ধক পুম্নমক য়েনবা য়ারে।

হ,ক্ষমসিদা ৱাংেং কাতি পুশিল্লকপা পুম্বা চোঙ্গা নত্তনা করিম্ভ কানিংঙাই লৈরোই। শম্না হায়রবদা থৌরমত্থ পুংলোই লোই-রে হায়বনি। মুমিৎ য়ুংবা মতুংগী থৌরমসিদি শেন মাংহন্নবা মতম মাংহন্নবা মীতৈ ফুরুপ মহাম তানবা শিনবা ইরাংগী থৌরমনি। পুংলোই লোইবা থৌরমবু লাম্ন থৌরম চুকশা লোইথেম্বা য়াইবী মাবু থেমদুনা থমন্নুং মাইকৈ পাংহনবগী থৌরমগা চানদবা পুং জগোই, কোরতান জগোই ৱাংলি, ফি থাত্রি, শেন চাইথাইদ্রি হায়দুনা লৈখিদ্রবা লৈখিদ্রবগী থৱাই য়াইনী অমম্নুং চিংউ ল.ইয়াম পুম্নমক চৈ পাইদুনা অমুক ঙাক-খিবা তারব্রা? মুংথিনগী থৌরমসিদ মীতৈ ঈনাংকা চান্ন-দনা মওং মরিন নাইদবা নামুবা থৌরমসি থিংহৌব্রবদি মীতৈ লাইনিং কাংলোন ইরাং লাইনিং ওইগ্রনি, মীতৌ তম্বা তাগ্রনি। লোইশিল্লবা থৌরম অমবু মী য়াম্নবা, শেন মাহন্নবা, ইপা ইমা, ইপা ইতোন, ইচা ইনাও লৈখিদবগীদমক্ক অরাবা ফোং-দোকপগী হৈকং লৈবংচবগী থৌরমবু কুমহৈদা ওস্থোকপা, অয়ুকী অমা, মুংথিনগী অমা থাইদোক্কনা মীতৈ ফুরুপ লাইর আয়িন তাম্নবা মুৎনবা তাকনবা হোৎনবা, মীতৈ লাইনিং কাং-রোনবু ইরাং ওইনা উহন্নবা হোৎনবা, ময়েক মচু শেংদবা মীওই থুংজাক অমগী থৌশিন অরানবা থৌরমসি মীতৈ ঈনাৎ চৎপশিংনা অমুক্তুং মীতৈ থুম্নাই অসিগী লৈত লাইরবা শেংম্ম ফত্তবু থরদা ওইরম্ভ কম্নবা থন্থমিন্নদুনা থিংহৌসি।

৬। মুপীনা ফমমেন ক.বা .ব্রগা ফমমেনদা পোৎ পুথোক পুশিন তৌবা নত্রগা লাইনিংথৌ শংম্মোং অপানবগী মাংদা শম-দুনা পোৎ পুথোক পুশিন তৌবা (লমলানবা) মীতৈ মাংনবা থৌশিন্নি, লাইনিংথৌবু উশিৎ থৌওইদবনি লাইনিংথৌগী মতিক

মমাই খংদবনি, মসিমন্তু মীতৈ মীয়াম অমস্তুং পিবাগী থৌ পুবিংরিবা পুম্বনা হৌদনা থিংহৌসি। মীতৈ ঈনাৎ বনসি হায়রদি লাইনিংথৌ ইবুংঙোব ইকাইথুম্‌না বাংনা চংনা চৎনসি চিন্নগা থুংহ্না, হায়বগা তৌবগা মাঙ্গসি।

---

# পিবাদা তঙাইফদনা কৎকদবা ফিরোই ফিঙাম অমসুং শেন

১। পুয়া পাবা অমসুং পুরারি লিংদা :—

(ক) লাইরিক্কী অকৎ শেন অমা।

(খ) পিবাগী মশা কুপ্পা থুংবা ফি অমা অমসুং শৈশংরোই ফি অমা (অরাই অথুম কৎতবা য়াবা) ঊমদ্রগা শেন্না শিনবা য়াই।

(গ) পিবাগী মতিক চাবা অরামন।

মথক্কী (ক) কৎলিবসি পিবাদা কৎপা নত্তে, পুয়া লাইরিক্কুদা কৎপনি। তঙাইফদবনি, লৈজদ্রবদি লৈনা শিনগনি, লৈনা লৈনা কৎনিংদ্রবদি তৌহৈদে।

(ঘ) লৈ অমসুং তাইরেন পম্ফাই. ঈশিং য়াওবা নহাইফু

(ঙ) লাইনিংথৌগী ফম্বাল লাদা ফি অঙৌবা থাবা, লৈ থরা, অকৎশেন ১।

(চ) মৈরা, মেক্রুক, হৈকুক, পানা।

(ছ) ফিশেং ফিজৌ কুপ্সা লাইরিক ফান অমা।

(জ) লাইরিক পাবগীনা লাইরিক ফান অমা। পুবারী লিবগীনা ফমতেন অমা।

২। থৌরমগী ইরাংফু লাৎপদা কৎবদবা :—

(ক) পুয়া লাইরিক্কী কা তাংগা অমা, অৎশেন অমা।

(খ) পিবাগী মশা কুপ্পা ফুংবা শৈচৌ ফি অমা।

(গ) পিবাগী অশোনমন (শেনকৎ) — পিবাগী অরামন শেনকৎ অসিগীনি মীতৈ ঈনাৎ চৎপা কাংবুনা থৌ ওইনা মপুম থিংপমখৈ লুনা খন্নরিবা নৈনরিবসি। পুং ঈশৈদা শেন চবুন থাবদি মীতৈ পুম্নমক ময়েং তাগনি, লাইরগনি, নংগনি হায়বগী থোইনা খল্লুবা লৈতে নৈনদে — পিবাদা থজিক্কং হেন্না কনাগুম্বনা মপাগীদমক মমাগীদমক মচা মগুগীদমক অমম্লুং লুংশিরবা মরুপ মপাংগীদমক ইকাই খুমজবগা লোইননা কৎচবদা মীতৈশিংনা ঙাংনরি, খংনরি, চৈনরি, খন্নরি। মীতৈ লাইনিংনা থরা ফগত্রা হায়রগা হাম হাম্নগী হামু-হামু তারেশিনি। রাকম অসিগী মুংগী ঈচেন বাহন্দোক করি হায়রিবনো খাজদে অখং অহেনা নৈনবীয়ু। অইবগী মাইকৈদগীনি মীতৈ ঐথোইগী পিবাগী থৌ পুবশিংদি অতোপ্পা কাংলুপকী তিম্থৌ লাইথৌ তৌবগুম্না (বামোনগুম্না) থৌরমদগী পোৎনা অমা লৌনিংঙাই ফংনিংঙাই লৈজদবনিনা পুং ঈশৈদা কৎপগুম চপ মাম্বনা পিবাগীস্ত তমক্কম থোকই হায়বসিনি। মরমদি পুং ঈশৈ য়ৈবা শোনবা তৌরিবশিংসি পিবানা থোকোকনি, পিবাগী থোদাংদা চুম্না মতেং পাংজবনি পিসানা থোগন মকোকনি, পিবানা পাংথোকত্রবা থৌ অচু অমুক হনবা নত্রগা লৈশি লৈথোঞবগী বাত্তনি, তঙাইফদবদি নত্তে। পুক্নিং পেন্নবা

তৌবা থৌনি, লাইগী থৌনা মশা ওইনা খল্লগা পুক্নিং পোম্বা থৌনা অনম্বুং হরাও তয়াম্বদা পুক্নিং লুপ্পা হায়বসি ঈনাংকী য়াইফবা ওইরোই মাংনবনি, ইরাং কৈথেল কাবনি।

৩। শম্ভোং অপানবা লাইনিংথৌ সনামহি শংলেন মপুগী থৌগল্লোই মনাই ওইনা ফম্বদা পিবাদা কংকদবা।

থৌরম হৌবমক্তদা পুং ঈশৈ শকপশিংম্ন কুম্প্রম মশা থুংবা ক্কি অমা কুপ্পিবা, নমকি অমা নম্বা। কা তাংগা লুপা তাংগা অমমম কংপা। নহাইফু তাইরেন পুংফাই, ঈশিং য়াওবা চফু নত্রগা খুজাই অমা থম্বা। লাইনিংথৌদা কংনবা মৈরা মেক্রুক মরাং কাইনা থগীবা। শম্ভোং অপানবা লাই-নিংথৌগী মৈরাদি অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তবু চুখৎহল্লোইদবনি, পিবা থক্তনা চুখৎহনগদবনি। লাইনিংথৌগীদি থেল্লোং অমাই-সা, লুরাং পাচৎহনবা, পিবা নত্তবা কন গুম্বা (অরাংফম য়াওনা) অমত্তনা থৌগন চংবা য়াদবনি। য়াইফনবা তৌজত্রা হায়ববু লংজবা ফংগনি। উরোই খ লোই খন্দনা অমম্বা অঙানববু লাই মীনম চাবা খক তৌনারাইসি, মীতৈ লাইনিংবু মশক মচু শেংহনসি হায়রবদি পিবাগী থৌবু ইকাই খুম্নবীয়ু অমম্বুং পিবাগী থৌ তৌজরিবশিংবু মপুক্নিং ম্নংশিহম্নবা ব থন হম্নবা থৌরম নিংথিনা তৌহন্দনবা হোংদিগম্ন। পংতৌ তৌশিনবা মানা তৌবদি য়ারগা, মানা শোকপদি য়ারগা ঐদি করিগী য়ারোই হায়বনচিংবা উশিংনদবগী বাখন ঈনাং মং-হম্নবা য়াইতম্বানগী বাখল্লি থাদোকপিয়ু। ঈনাং অমগী থৌ মকোক পিবাগী থৌবু পুং ঈশৈনা হেম্মা মমল কৈনা লুম্না থানা থনবীহুনা খোংগাওনবা হোৎনবদি মীতৈ ঈনাং অমুকম্ন নোংমদি মীতেম্মা খোংগাওনবদি শোইদবনি। থৌ থুদিংদা

ইকাই খুম্নীরবা, তাথি তাওইনা তৌরিবা থোশাংজরবা যম: থৌ কত্থু-কনানা ওইনিংগনি, তংনিংগনি অমসুং হেন্না অথংবা মীশক অমা ওইনবা কনানা থিজিন হুমজনিংগদ্রগে ? পুং ঈশৈগী থবক কাবক কাবক হৈজবা অমগী মফমদদি শিন্দমশোইনা হয়িংথোক্ত ইন্দবগুম ইনগনি। মসিং ওখাক লৈরবা লিবাগী থৌ তৌরবা মীওই অমগী মনাক্তাদি কনাসু শিন্দমনা লাক্লোই, তশ্বনা কাংজদবা মহে মচুম লৈতবা চ'রা হেনগদবা থৌবু কননা তমনিংগনি ? মসিনা তাকপদি মমৈদদি লিবাগী থৌ তৌবিনবা কনা কৈরককলোই তাকপনি মীতৈ ঈনাং মুংখিবদি শোইদবনি।

লাইনিং লম্বাদদি লিবাগী কমথৌ অসিনা লাইনিং য়ুম্বী পাম্বীরেন অসিগী মউনি হমসুং মরানি। মউ মরা কংলবা থোওইরবা পাম্বীনা ময়াম কুইনা মালেমদা হৌবা হিংবা ঙমগনি ? মউ অমসুং মরাদা হিংহল্লবগী মচাক য়াওদ্রব', পিত্রবা ফংজদ্রবা অমসুং তিন চংলবা মীশো চংলবা পাম্বী অহুনা মশা মরেং মপান মহে অমসুং মনা কয়ানা য়েংবদা কজরবসু মুংভাইরংসু কয়াম কুইনা লৈগদগে নোংমদি শোইদনবা খুইথরকপা অমসুং কংবা তাবনি। মীতৈ লাইনিং সনামহি পাখংবা লাইনিংনা মালেম থকসিদা মউ মপান চাওনা হৌহনসি অমসুং চাওথংহনসি হায়না থনম্বীরবদি অতোম্বা লাইনিং কাংলুপকী মকোক্তম হিনবা মচাক মথক্তম অমসুং ইকাই খুম্নবা পিবগুম মীতৈ ঐখোইগী পিব'বু ইকাই খুম্নবা লুম্না অমসুং লুনা থম্নবিবা তঙাই ফংদে। মীতৈ ঐখোইগী ইশাদা নারিবা থ্বাইদগী শাখিবা ফংখিরবা অনাবদি লিংজেন মামদবা, ইশানা ইশাবু থৌওই রাওইদব', থাজনদবা অহুম্বা মশক থংদব', অচুম্বনি অরানবনি মশক মচু থেম্বা থংদব', মমনা হায়বা অমনা তাদবা থানদবা

অমসুং ঈশানা ইশাবু ইকাই খুম্নিংনবা মত্তমগী মমল শংনবা থকশি খাশি লৈতবা য়াংলা অসিনি। অতোপপা কা লুপকী লাইগী লাইথো পুবা মীওই অমা লাক্লবদি লাইদা লাইগুম নিংগনি, লুনা তৌগনি, তরাম্না ওকনি, মহাক্না হায়বা য়াথম পুম্নমক মপুগী তরং লাইপাওগুম্না তাগনি ভারোই কাবগুম ইনগনি অমসুং চপ মুংনা থাজগনি। মীতৈ ঈমাংকী পিবা অমনা নত্রগা থিজ হুমজহুনা থো পাইজরিবা অখংবা অমনা হ'য়জবা অমসুং নিংশিংজবহুদি কনাগুম তাবিরোই অমসুং লৌ- বিরোই। মসিগী কত্রবা লাইনাসিদনি ময়াং লম্বোইবশিংনা য়াম্না কোম্না লাইনা অপাংপদা হয়িং পাইশিনগুম পাইশিন্দুনা মীতৈ ফুরুপকী মথক্তা নেংথিবা খুদোং চাবা লৌখিগী মরমম্ব কত্রবা অনাবসি কোক্নবা হোংনবা অমসুং লিংজেন মায়বগী থোংজং চংশিনমিন্নবগী তভাইফদবা ঐখোইগী মাংদা তাহুনা লৈয়ে।

---

# "পিবা ওইবগী চহি মতাং"

লাইনিং কাংলোন্দদি চহি য়াম্না য়ামদবা হাকথেংননা থিন- রুবগী কান্নবা থোইদোক্না লৈয়োই। লাইনিং লম্বীদদি চহি য়াম্বতনা থো তৌগদবনি হায়বগী অককনবা চংনবীম্ব থম্বা য়া- রোই। মী মীতুগী বাখল, মওং মতৌ, তৌথোকরকপা, লাইনিং কাংলোন হুকচিন্না থাজবা, চুম্নিম্নবা অমসুং অপাম্বগা লোইননা

হোৎনজবগী তঙাইফদবা চংই। মসিদা চহি মতাং থিননা নহানা তৌগদবা অমসুং অহন্না তৌগদনা থাইদে কন্না মথৌ তাদে। অমুকস্তু মীহূগী মশাদা তিন্থো লাইথৌ তৌনদা চুশিন্নবা মওং নত্তৌ অমসুং অথংবা অহৈশা হায়বহ্ন চংই। লাইগী লাইথৌ তৌবা লাইনিংথৌ ইবুংঙোগী থৌগল চংদা পিব অমা ওইবগী মতিক ময়াই চপ চানা লৈরবদি নহা ওইরবস্তু কন্নি কাইদে। থৌরমদা পিবাগী থৌ তৌবা অমদদি হোম্বা, চাংওংবা, হোংবা, ইচা, ইনাও ইমাক ওইনা খনবীগদবা য়েংনিংগদবা নত্তে। মাইচৌ, লাইনিংহন অমা ওইনা তৌবীহুনা খনবীহুনা ইকাই খুম্নবীগদবনি। ঐ ঐগী ৱ খন্দা অতোপ্পা লাইনিং কাংলুপকী মীওই অমদদি ওরাংগী থোম্মাং মনম কোকত্তিবা অচৌবা মচা অমদস্থ ফিদা হেক্তো থাগনি ফন্নেদা হেক্তা ফমহনগনি, ইকাই খুম্নবিগনি মীতৈ পিবা লাকপদদ থৌওং উশিন্নদবা ফিদা থানিংদবা থাবিদবা থকশি থাশি নাইনিংদবা করি সুংগীনো? অসিগুম্বা থৌওংশিং অসি অমুম চথহুনা মীতৈ ঐখোইনা পিবা থম্বগী করি অনুক মথৌ তারিবগে? মীতৈ ঐখোইগী লাইনিং লাইশেন ঈনং লৈজে হায়হনা লালুবগী লাওরুবগী, চোংলুবগী করি অমুক কান্নরিবগে?

অরোইবদা মীতৈ ঐখোইগী ঈরত্তা খুরুম্বী ঈনা লাইশাবা মীতোপকী থোইনশিন চৎপা, পিবগী থৌ পুজনশিং উংদা তিননিং মাইশিংপা কাংবুনা হয়জনা লোইদুনা থৌরমদা পিবা য়াওদনবা পিবাগী ফিদা থাদনবা অমসুং মীতৈ ঈনাংবী তিন্থো লাইথৌ তৌবা পিবাবু মশক গত্তৌ উহন্দনবা খহন্দনবা কাচিন অমদা নদশিন্দুনা লোৎশিন্দুনা থমজগা মীয়ামদা উহন্দনবা থংহন্দনবা মথৌমক ওইনা কন্না হোৎনদা কাংবু

অমা মীতৈ ঈনাৎ চৎপা কাংবুশিংগী মরক্তা লৈরিবসি ঐখোই মীতৈ পুরমক থংজিন উশিনবা মথৌ তাই। পিবাগী মথৌ অসি ঈনাৎ কন্নবা লৈবা থৌরমদদি গাড়ী থৌবগুম থৌরিবা হক লৈবা কমথৌনি হায়বসি মখোইনা খন্দে অমত্তুং থংদে। মখোইনা শন্দোকই অমত্তুং তু দা ঙাংই শকই। “মীগী মতৌ তমহনা মাঙোপ মপু শাবা, অঙাংনা অহনগী মথক্তা কম্মে, পুন্সিররোই অসিনচিংবা।” রাকম অসি থোইদোক্লা অরাইবা নত্তে, মখোইনা ঙাংলিবা, চৈরিবহ কনাদনো? করিগীনো? মখোইগী অপাম্বনা করিনো? অহুম্মা পাঙথেমবগী মহত্তা “ঐখোইদি পিবা য়াওদনা থৌরম পাংথোকনি, পিবা য়াওদনা থৌরম তৌবা য়াই” হায়বনচিংবা নিপা থোকনা লেপ্পনা হেম্মা কবনি অহদি নত্তনা “কৈসু কিবা মথিসু কিবা, চংশি মরু হন্দোকশি মতোং” হায়বা থনাম্বগী থোওং অহুদি ঈনাৎ চৎলিবা মীয়াম মরক্তা কাইননবা শিনবা অমত্তুং নাৎকী ঈহৌ শোম্বনবা হোৎনবা হ কামশিনবদি ফজদে, চুনদে. ঈনাৎ চৎপশিংনা খঙ্করকপা মতমদা মীথিনকাই তৌংগী চৈথেং শোইদনা ফংগনি। মীথিংগাই তৌবা কাংবুগী মরা লৌহনা থংজদবা ইচম চম্বা থৌবুশিংনা পিবাবু করিসু ওইদনা তৌরকই অমত্তুং মচিন থোক্লকই — “পিবাগী ক্ষিদা থাদবদা করি কাইবগে? রাকম অসিগী মুংগী ঈচেন নৈনবা তাই।

মখোইনা পিবাগী ক্ষিদা থাহননিংত্রিবসি করি মরম লৈনবনো? কনানা ইনশিনবা হায়জিনবীবদগীনো? গৌরগী অরাংফম কম্বনা, অহনশিংনা অমত্তুং মুপী অঙাংনা। রাকম অসিনা তাক্লিবদি — মীতৈ ঐখোইগী থৌরমশিংদি মচু শেংদবা মীতোপকী ঈথাই য়াওবা, মীগী ঈথিন চংব, ইশাগী

চংনরোন অমম্থুং চংন পথাপ ঙাকনা চংনবা ঙমজদবা কাংবু-শিংগী থৌরমশিং হায়নবসিদি ময়েক্না তারে শেংলে। মরমদি চংন পথাপ অমম্থুং থৌরমলোন পুম্বা খংলবা নৈনরবা পিবা অদুবু শংলেন ময়োন্দা ফমহল্লিংদবা, থাপনা তাম্থোকপা, অরাং-ফম অমম্থুং মীতোপকী লাইনিং বাখন চেনবা অহনশিংনা ফম্বৈদা ফমলগা শিনবা ঐগীরা, মীগীরা মফম মরাং খাদবা চরাং থোইরাংনদুনা থৌরম পুম্বা বাতেম্বীনবা য়াওদবা মখোক মরু পানদবা কাংলুপ ওইনা উহল্লবা হোৎনবদা মীতৈ ঈনাং চংপশিংনা অম্থুম য়াবিদুনা ইনবীদুনা লৈবসি মীতৈ ফুরুপকী য়াইফনবা নত্তে মাংনবনি। মতাং অসিদা অইবনা মীতৈ ঈনাং চংপশিংদা নোম্মুকচনিংবদি ঙসি মীতৈ ঐথোইগী থৌরমদা অথং অহৈনা ফমগদবা ফম্বৈদা মীতৈ ঐগী থৌরমবু মুম্ফু থংবিদবা বাওই থোঙইনম্ম তৌবিদবা গৌরগী অহনশিং কৌশিনদুনা ফমহল্লি মসি অচুম্বা নত্তে ফম্বৈ হায়বদি থৌরম অদু শোই-রকলবা মতংদা বাতেম্বা ঙম্বা কাংবুশিং য়াইতোং খনদোংবা অঙম অথৌগী ফমফমনি। লাইনিংথৌগী ওইদা থাবা ফম্বৈ অসিদি চহি য়াম্বা অহনশিংগী ফমফম নত্তে অহনশিংগী ফমফম-দি লাইনিংথৌ য়েত্তা ফম্মৈনদা ফমফমনি। ফম্মৈনদদি চহি নহা অহন খাইদুনা মথং মনাও নাইনা ফমগদবনি মফমসিদদি নহানা মকোক্তা ফম্বা য়াদে। লাইনিংথৌগী ওইদদি থৌ পুরিবা পিবা, অথং অহৈনচিংবদবু ফমহনগদবনি। মীতৈ ঐথোইগী পিবানা পাংথোকলিবা থৌরম পুম্নমক থৌবুদগী য়াইফনবা তেকশিন হুম্জিনদনবা, অবা অনা কোকচনবা মুংঙাই য়াইফনবা, তিনশোন লাইশেম কয়া তৌদুনা মতম চাবা চাদবা খন্দনা অহিং মুংথিল অনিমক্তা অসি অচংগী থৌরম পুম্বদা তিনমু লাইমু লাই ময়াম তাইনদুনা য়ুম্বদুগী থৌনিবিরিবনি।

অসিগুম্বা মতিক হকথ্রগা কমথৌ অসিগীদমক ফিদা থানিংঙ্গিবা অমস্তুং ইকাই খুম্নিংবসিদি মীতৈ ঈনাংকী লাইবক থিবনি। পুং য়ৈরবা ঈশৈ শকপা য়াওব্রবস্থ মীতৈ ঐথোইগীদি থৌরম খুদিংদা পিবা য়াওদবা য়াদে, ফিদাস্থু থাবিদবা য়ারোই। অতোপ্পা লাইনিংগী মাঙোপ মপুদি থমব্রবস্থ য়াওব্রবস্থ য়াবা য়াওরবস্থ য়াবা খুংশেমগী ফমনি থাংউথকীনি। মীগী লাইনিং রাইবা য়াই থাব কাংবুবু মথোং মরম থংনা মীতৈবু থমাইরিবনি। মীনা মাই শাহুনা মীতৈশিংবু থোইরমহনবগী বাযমনি। ফিরান পৈশা মুংশা থরা ফংনবা শেমজিন শাজিনবা পংতৌ তৌশিনবা চংনবিনি। মাঙোপ মপু/শংলেন মপুদি লাইনিংথৌ ইবুংঙো শঙ্গোং পুংমাই লেপ্পা য়াইবিরেল শিদবা ফুহিংশি পিবারেল লাইনিংথৌ সনামহি মহাক্কনা ওইগদবনি।

থৌরম খুদিংমক্কী য়ুমশারেন, থম্নুং কাংলোন, খুম্নুং লিচংশাজং, শাকোক কংলেরোন, পাথংনা শাকোক পুয়া বয়াদগী মৈনা রাই তাংনা শম লৌথোক্লকপনি, লাইনিংথৌ ইবুংঙো অমস্তুং চিংউ লাইয়ামগী মুং অমস্তুং পানগী কুমহৈ মওংনি। পীয়ান লৈপাক্তা ঐথোইগী থৌরম সগুম্মা পাংথেকপা উদে। থৌরমদা (মরু ওইন লাম্ম থৌরমদা) লাইনিংথৌ বংপুরেন থানা চাওবা অশিথোং থিংবা অচংথোং হাংবগী খুবমদা থৌগল্লোই ওইনা ফমলিবা অমাইবনা ইবুধৌ পাথংবগী শক্তম লাংলিবা অশৈবদা থিনগংক্কনি, অশৈবনা অমুক শঙ্গোং পুংমাই লেপ্পা লাইনিংথৌ সনামহিদা অমুক হিনগংকনি (শিম্মগনি)। লাইনিংথৌ ইবুংঙো লমথাবা ওইবীহুনা থমস্তুং লম্বী তাক্কুনা থরাই য়াইবিরেম্মা লাম্মা খুবম ফংগনি। অস্থক লুথ্রগা লাইনিং থৌরম মরি লৈবা কাংলোন অসিবু মীনা লাই শাবা মাঙোপ মপুনা

শিন্নবা য়ুম্বা থবকলো ? মখোইগী মতৌসিদি য়ুম্বা শাংনা হায়নরুবগী ইরুবগী মথৌ তাদে, মীতৈ মীয়াম্না হেন্না থংদরবা রাকমনি, য়াম্না ত্তৌবা ভদ্রগী রান্নিনি, মখোইগী থবক্তি পাংহাই হাইজিনবা পাংত্তৌ ত্তৌশিন্দুনা মীতৈ সুমলগা লোইরে শিদনি, মখোইসি মখোইগী পুরেনচুগী 'চাদ নাওদনি হায়বদা ওস্থোকনা পকচৈ, মীতৈ ঐখোইগী মতিক ময়াই লৈরবা পুম্না মরাম মৈ থাদোকপা, লাইনিংথৌগী কোল্লু য়েথাইবদগী মশাঙ্গু লাইথঙ্ পক্তুনা ত্র ত্র পংলবদা মীতৈ ঐখোইগী চিংউ মতিক চংলবা ইবুধৌ থোংনাং থাবনা তাকপিদনা পুরুক শৌবিদা লুপতুনা তিনকোক লাইকোকচরা ফাওবদা মীতৈগী মাংনবা তাকনবা হোংনবা হনবা লৈখিদবনি। মখোইগী লাইদি পংত্তৌ ত্তৌশিনবা য়ারমগনি অয়াবা মফমদা অতুম ত্তৌশমু, হুংভাইজদবা পেন্নদবদি ফুরুপ অমগী চংন-পথাপ্তা ককশাগী ত্তৌবদি মীতৈ ঐখোইবু মীবা লৌগনবা কাংবুনি হায়দুনা উশিত্তবগী রানি। হৌজিক্তি লাইনিংথৌ ইবুংঙো শঙ্গোং অপানবা ফুহিংশি পিরেননা সনামহিনা শোম্নবঙ্ খুদিংদা মীতৈ পিবানা থৌগনবঙ্ ত্তৌহনা ভানথ্রে, মীয়ান লাইনিংগী মতম লোইরে, মহনকমদা হনথনি মতেফমদা ত্তেথ্রনি।

মখোইগী মতম লোইরবনিনা যন্ত্র মন্ত্র কত্ত হাওদি থমাইরোল অমত্তা চংবা ঙমলরোই, তাইরেন্না পুংফাইনা নাপুন্না নাশেংনা নহাইবদা কাইদনা চেন্নবনি, থরা চিথ নাম্বহৌবদুম্ব উচান মৈরানা অমুক্তা হংনা থাম্বি মৈওক্পদদি পুংশেং শেংলবনি। থমাইরোল মকোন লৈররোই পুংলোই লোইশিন্নগনি। থৌরম পুম্নমকসিগী মাইপাকনবগী মরুদি তিনশোন লাইশোন ত্তৌন্নিবা পিবাশিং মীতৈ ঈনাংৎ চংপা কাংবুগী মাম্নবা জিংজেন

থকশি থাশি, অমনা অমবু থাজনবা অমম্তুং ইকাই খুম্নবতনা মপুং ফাবা ওমগনি।

মীতৈ ঈনাৎ খুন্নাইলোনগী থৌরমদা চিংউ লাইগী তিংথৌ লাইথৌ তৌবা পিবানা লাইনিংথৌ শক্তোং অপানবগী ওইদা থৌগন তৌহুনা কমজববু গৌরগী মাংগোপ মপুগী মতৌ তম্বনি হেক্না হায়জিনবদি চুমদে, খুরকী ঈনা লাই শাবা শামরক ঙাংরক গৌর কাংবুগী মরাতা ঙাইবা কোংতৈ নাতৈ মীতৈ লাইনিংবা শাবা বামোনবু অমম্তুং গৌরগী মচৎ মতৌবুদি মবুকনিংদা লুনা চেৎনা নিংজবা কাংবু, শোরবুংদা তুল্লশি থাবা য়ান্না পামজনা থানিংবা, থৌরমদা ফম্মনলোমদা চংনিংবা লাইনিংথৌ ইবুংঙোবু থৌওই রাওইনা থন্দবা কাংবুগী মরা মপাও মচৎ মতৌনি। মীতৈগী তিংথৌ লাইথৌ তৌবা পিবানা লাইনিংথৌগী ওইদা থৌগন তৌহনা য়ুম্নুগী য়াইফনবা হিরি কোন্দুনা চাদ থক্কনা থৌগন তৌজবদি তঙাইফদবা থৌনি, লাইনিংথৌগী মনাইনা লাইনিংথৌগী থৌগন তৌব্রবদি কনানা তৌবিগনি ? কনাগুম্বা কুপনা থিদবা মচিন য়াংবা হায়গনবা কাংবুনা শক্তোং পুংমাই লেপলিবা লাইনিংথৌ সনামহিগী খুৎম অসিবু থাংজিং কোই-রেল্লাই ইবুধৌগী খুবংনি খনবা য়াওই, রাফম অসি অচুমবা নত্তে, থরাই য়াইবী লমথাবা, থমম্তুং লম্বী তাকপদি শক্তোং পুমাই লেপ্পা লাইনিংথৌ সনামহি থাংজিং কোইরেল্লাই নৎতে, থাংজিং ইবুধৌদি মাইকৈ ঙাকপা লাইনি, মথৌ মঙম অমমমনি তোঙান তোঙানবনি ওন্না তৈননা নিংবা থাজবা লংজবা অরান-বা ওইগনি। পিবানা লাইনিংথৌগী থৌগন তৌবগী চৎন-রোন অসিবু থংগাইনবা শিনবা তোংফঙা শন্দোকপা কাংবুনা পিবাগী থৌ তৌরিবশিংবু (অতোপ্পা কাংবুনা তৌবগুম)

লৌজনম পুজনাক য়াম্না তৌবা ঙম্বা কাংবুগুম মীয়ামদা থন-হন্নবা, উহন্নবা, পিবাশিংবু হাংদনবা অমসুং পিবাগী মতিক ময়াই চমহন্নবা, মাংহন্নবা, লৈহন্দনবা ছোংনবা হায়বসি মীতৈ ঈনাৎপু মশক মচু থেক্কনবা থপচিন্নবা ছোংনবা অচৌবা থুজিন থৌরাংনি, মীতৈ ঈনাত্তা চাওনা শিংনবনি অমসুং থমাইরোম্নি হায়বসি মীতৈ ঈনাৎ চৎপশিংনা থংবিয়ু উবিয়ু। মীতৈ ঈনাৎ চৎপা কাংবুনা মীগী মরা মপাও লৌহনা পিবাবু থৌওই উশিংতনা তৌবা, পিবাগী ফমফমদা ফিদা থাবা পাম-দবা মীতৈ মহাক অতুদি মীথিংগাই তৌরবা মীত্তাপ মীয়ান লাইনিং চৎপশিংগী মরক্তা তিংখিবনা মীতৈ ঈনাৎ চৎপশিংগী য়াইকবা ওইগনি। পিবাগী মথৌ মঙম্ব (Authority) ইকাই থুম্নিংদব কাংবুদি পিবা উবদা তুকৎ-চবা তিন্নাইথুম্বী চুবা, হাকৎচনা অমসুং পিবানা লাইনিংথৌগী থৌগল তৌহনা লৈবা উ দা তিনশিৎ মাইশিংননিংবা লাইনিং-থৌনা থৌগল্লোন ইৎনিংদবা তাথি শোইনাইবা য়েংনিংদবা কাং-বুশিংগী লাইনিং কাংলুপ্তা হঞ্জিনখিদন্ন থোইনা পংলু লুগানিসু নিংদে। মীতৈ ঈনাৎকী চংন সমদাংদদি পিবাগী ফমফমদি লাইনিংথৌ শাস্ত্রাং অপাংবগী ওইদা ফিদা থাবিদুনা লাইগী থুবম ঙাকহন্দুনা ফমহন্দবা য়াদবনি। মপু মনাই থাপননা থম্মীবা য়াদবনি। "পিবাগী ফমফমদি শাস্ত্রাং অপান্না লাইনিংথৌ সনাখিগী ওইদা ফমদুনা লাইনিংথৌগী থৌগল তৌহনবা নতন অন্দাম্না মফম অম পোকপুংদা লৈতে।" অতোপ্পা মফমদা নমহুনা ফিদা থাদুনা ফমহন্নবা ছোংনবা মীতৈ ঈনাৎকী পিবাবু অঙাওবা অকৈবা শেম্বীগে থৌরাংবনি কাংলোনগা থৌ-রমগা চৎনরোনগা চান্নবা থৌরাংনি। মীথিপোং মীতম্মানশিংগী মরা মপাও শরা লৌরগা ইশানা ইশাবু শকথংদবা লাইনিংথৌ

ইবুংঙোগী হাকথেংনবা মনাইবু খংবিদবা উবিদবা অমসুং ইকাই খুম্নিংদবগী বাকমনি থৌওংনি। পিবাগী ফমকম থাম্নোই হায়বদি পিবা য়াওদনা থৌরম পাংবা পাম্বগী বাফমনি। পিবাগী থৌবু ইকাই খুম্নিংদবা ঈনাৎ কন্নিবা শাবা কাংবুদা অইবনা অকনবা য়ফম থমজনিংবদি "পুং কোরতান, ঈশৈদি কুমহৈনি" পিবাগী থৌদা চুম্না মথৌ হাপ্পা অমসুং তেংপাংজরখক্কনি। লৈত লাইরবা লৈতবশিংগীদি য়াওত্রবস্থ কাইদবনি। কন্নি কন্নিগুম্বা মকমদা পুং ঈশৈ য়াওদনা থৌরম কয়াম্বা হৌজিক হৌজিক পাংথোক্করিবনি, থৌরিবনি চৎনরিবনি চৎনরোন অসিনা ওমুক্কা হেন্না মীতৈ ইপা ইপুগী চৎন লমদাং অচুম্বনি হায়নরিবান লৌনরিবনি। পিবাগী থৌদি থৌরম পুম্নমক্তা য়াওদবা য়াদবা তঙাইদবনি। অহৌবদসু অরোইবদসু পিবাতনা শৈহৌ অমসুং অতাইরোন নহাইরোন শোন্দুনা পাংথোক্কদবা থৌরমনি, মেন-মান তানা খংদবা অমনা হেক্তা চংশিনবা লোইশিনবা য়াদবনি, নমদনা পংতৌ তৌশিনবদি মীতৈ ঈনাৎ মাংহনবা হোৎনবনি। পিবাবু থৌওই উশিত্তনা তৌবা মমল য়াওহন্দনবা হোৎনবা পুম্বা মীতৈবু মাংহনবা হোৎনবা অকনবা থৌশিন্নি থৌরম কাংলোম্নি। পিবাগী ফমথৌ মীতোপ (মীতৈ লাইনিংবু য়েংথিবা কাংবু) শিংনা য়াম্না কল্লকপা মীহৌবা তাথিবা য়েংথিবা ফমনি। অসুক মীতোপ্পা তাথি শোইনাইবা য়েংথিবা থুদেক্কবা হোৎনরিবা ফমথৌ অমবু মীতৈ ঈনাৎ সনামহি পাথংবা লাইনিং চৎপা ইশানা তাথি তাওইনা তৌবিবা সুংশিবিদবা ইকাইখুম্নবীদবা, ফমফম থাদিংদবা ওঙপিনিংথাই লৈতনা লানবা থোংথাংনি। ইশানা ইশাবু থোংপাওনবদি মীতৈ ঈনাৎ চৎপশিংবু মকম মন্নাং খংহন্দনবা শিনবা কাংবুদা শেংনা শেংনা মতেং পাংবন্নি মীতৈ ঈনাৎ লাইনিংথৌ সনামহিবু

মুংশিবিবা ইবুধৌ পাখংববু নিংবিরবদি পিবাগী থৌ পুবশিংবু মুংশিবিয়ু তাথি তাওইনা তৌবিগনু, ইকাই খুম্নবীয়ু। পিবাগী ফম শাগৈ পিবাগী ফম নত্তে, — নংমু-ঐমু-মামু পামজবা লাইনিংথৌগী থৌগনদা খোইদজবা হোংনবা মীতৈ পিবা পুম্বনা ওইবা য়াবা ফমনি। তিস্থৌ লাইথৌ তৌবা পিবাগী ফমদি মীতৈ লাইনিংগী কোকলেন লেনফুনি, থৌরম খুদিংদা পিবাতনা বাচুম লুহুনা বাতেমগদবনি ( Authority ) ওইগদবনি, পিবাদি লাইনিংথৌগী হাকথেংনবা মনাইনি, ( Authority ) পাইবা ওমদবা মশাগী ফমফম মশক খংদবা ফমবসু ওমদবা খংদনা অখং শাবা মীওইদা পিবাগী থৌ কৈদৌউৈদসু তৌহনলোইদ-বনি। থৌরম খুদিংগী অফ ফত্তগী অশোই অণ্ডামগী হুক পুম্বা পিবাগী ওইগদবনি। মীতৈ ঈনাং সনামহি পাখংবা লাই-নিংবু মশক মচু থোকহন্নিবা মীতৈ ঈনাং চংপা পুম্বনা লম্বীদা লমথাংদা উন খোংনবদা, লোইনবদা ইপানি ইতোম্নি, ইয়াম্বনি ঈনাওনি, ইয়ানি থল্লবসু থৌরম মফমদদি, থৌরম পাইরিবা তৌরিবা পিবাবুদি মতিক ময়াই লৈনা বাংনা খম্নসি, মথৌ মওম ( Authority ) চাওহল্লসি, লৈহল্লসি, ইকাই খুম্নসি। মীতৈ ঈনাং লাইনিং খুম্নাইদা পিবাগী থৌ পুবশিংনা মতিক ময়াই লৈরবা অমসুং মথৌ মওম ( Authority ) চপ চানা পিবিহ্নুনা অশেংবা মতিং ফুদোকহনবত্তদা মীতৈ ঈনাং লাইনিং লাইশোন্না মালেম অসিদা মশক মচু থোক্না ভানবা ওমগনি। মণ্ডাংসিদা লোইশিন্নবা য়াথং নিজরি, পিনবীরথি।

লাইনিংথৌ সনামহিনা য়াইফরে,
ইবুধৌ পাখংবনা য়াইফরে,
হাঃ, হুংঃ, হৈঃ, হেঃ, হিংঃ

—: লোইজরে :—



## লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা শেল পাংথিরকপা মথাগী মীওইশিং অসিবু অইবনা হন্না হন্না থাগৎচরি

১। লাইশ্রম সনাতোম্বা থুমন ... প্রোপাইটর ফ্রেন্স টোম্বিস
২। নাওরেম উদয়চান্দ মীতৈ ... বাংথৈ থুম্নৌ
৩। হাওবম নবকুমার থুমন ... থুরাই সোইবম লৈকাই
৪। য়ুংলেম্বম কালাচান্দ মীতৈ ... চেক্কোন অংনৌবা
৫। হিজম গ্রিন্দ্রো মীতৈ ... নোংপোক ইংখোল
৬। ময়াংলম্বম নিল্লমনি মীতৈ .. ,,
৭। অথোকপম থোইবা মীতৈ .. নোংমৈবুং
৮। নিংথৌখোংজম জিতেন মীতৈ.. বাংথৈ থুনৌ
৯। পাংগনবম বীশমভোর মীতৈ .. উচেক্কোন
১০। পেবম রাধে মীতৈ ... ,,

— লোইমনা শলাই তরেং প্রেসকী প্রোপাইটর হুইড্রোম য়াইফবা মরুপনস্থ অথবা মতমদা লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা তেংপাংবীবগীদমকস্থ হন্না হন্না থাগৎচরি।

— নামোই তোম্বা —

অইবগী অথুবা মতমদা কোংলগদবা লাইরিকশিং ঃ—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মীতৈ পুৱারী শাকোক্, কংলৈরোল | — | পুয়াগী ৱারী |
| ২। | মীতৈ লুহোংবা / ফম্বাল তোংবা | — | ৱারেং লাইরিক |
| ৩। | মীতৈ ইনাৎ থৌরম গী নুংগী ঈচেল | — | ৱারেং লাইরিক |
| ৪। | নোংদা লাইরেল পাখংবা | — | ফম্বাকী শকতম (ড্রমা) |
| ৫। | ইকুসু লাইমিং লৌৱগে | — | ” |
| ৬। | লৈমাবেল লাংওন (অহানবা শকক) | — | পুযাগী ৱাবি |
| ৭। | তিনশোন লাইশোন থৌরম লোন | — | থৌরমগী লাইরিক |

লাইরিক ফংফম ঃ

১) নামোইতোম্বা অইবা মশাগী য়ুম – খুবাই শোইবম লৈকাই, পোবোমপাং চুথেক, ইম্ফাল।

২) শালাই তরেৎ প্রেস – নোংমৈবুং।

৩) লাইরিক য়োনফম দুকানশিং।